অকোংবা :—

সি, এইচ, খোম্বা সিংহ।



কোপি মশীং :—১০০০



নম্ফম :—

বীরজয় প্রিন্টিং ৱার্কস, পাওনা রোড ইম্ফাল

# লিলাদা চংগদবা মীশকশিং

## নায়ক ঃ—

১। কোইরেঙ··· ··· ···চহি ৬০ শুরবা ; খুলগী লুচিংবা ;

২। তোলমু ··· ··· ··· খুলগী মীয়াই চল্লবা নিপা অমা ;

৩। যাদব ··· ·· ··· ·· খুলগী অহল ;

৪। স্নাজাও ··· ··· ··· খুলগী পাখং ;

৫। বসন্ত ··· ··· ··· ···ইস্কালগী ডাক্তর অমা ; পাখং ;

৬। মেড়া ··· ··· ··· ···খুলগী পাখং অমা ;

৭। সুর্য্য ··· ··· ··· ···কোইরেঙগী মচা পাখং ; লাইরিক হৈবা ;

৮। পাকচাও··· ··· ·· খুলগী পাখং অমা ;

৯। তেম্বা··· ··· ··· ···খুলগী পাখং অমা ;

## নায়িকা ঃ—

১। শান্তি··· ··· ······সহরগী নৈশাবী অমা ;

২। রাধে··· ··· ··· ···খুলগী নৈশাবী অমা ;

৩। জামিনী··· ··· ··· খুলগী হুপী মচা অমা ;

# অনৌবা অয়ুক



## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

যুম ( কোইরেঙগী )

মগম ঃ—মাঙ্গোল্ল                                                    মতম ঃ—অয়ুক

( মপালদা নোং মপুক ইংনা লেপ্তুনা চুবি ; মনক মরক্ত নোং খোংলি ; শান্তি চেযারদা ফম্লত্তুনা টেবীলদা লাইরিক ইত্তুনা লৈরম্মী ; টেবীল মথক্তা লাইবিক খরসু লৈ ঃ মচি অমদা জামিনীনা ফকতা ফল্লত্তুনা লাইবিক ঐবাইরম্মী ; )

জামিনী ঃ—ওঝা ! তো,—ওঝা ! লোইদ্রিবরা ?

( শান্তি লাইবিক ইবদা মপুক্কিং লুপথিল্লুনা তাদবা ; জামিনীনা হৌগংলগা তুম্মীগ্না চংশিল্লক্লুনা টেবীল মথাদা চংলগা চৈতেক অমনা শান্তিগী মখোঙ খুয়াদা থিনবা )

শান্তি ঃ—( খংপ্রেক খংনা )

তো—ইমা— । ( শান্তি ফম্মম্বাদগী ফুক হৌগৎপা )

( জামিনীনা মচিল খুমত্তুনা ঠিক ঠিক নোকপা )

শান্তিনা করিনো হায়ত্তুনা য়েংবদা জামিনীবু উবদা লোল্ল

তপ্প চংশিল্লক্লগা কুনথরগা জামিনীগী মনা তাপ্ পাইহ্নুনা, নং ওইরে লাক্ট শারিবদি— ?

জামিনী :— ( শান্তিগী মখুৎ পাযহ্নুনা )
অয়ো, ওঝা নারে— ।

শান্তি :—থোরকউ ; ( মনা পায়হ্নুনা চিংথোরকপা ) নথক্কী অক্তল লক্লরবদি চৈ চাবনি ;

জামিনী :—ওঝা, লায়ে-- মতুং তৌজরবোক্ট— ।

শান্তি :—শোইদেবনা —?

জামিনী :—শোইদ্রে ওঝা ; থাদোকও,—অয়ো নারে ওঝা ;

শান্তি :—-ঙসিদি থাদোকপিরবনি ;
( মনা পাযবা থাদোকপা ; জামিনী নারহ্নুনা মনা অহ্নু মখুৎনা নান্‌বা )
মতুং অহুম্ন তৌরবদি ননা অনিমক চিনিমুক্ ঙাংনবা লৈগ-দবনি ; পাবা ঔরাইযু— ।

জামিনী :—(ফম্নগা ) ওঝা, পারা ফারে— ।

শান্তি :—হোরেন এৈনা হংবদা ফানবা ঔরাইযু , এৈনা ইরিবাসি অরুবা থবক অমনি . এৈ অসি অমুক্তা লোইথোকখিগে ।—

জামিনী :—করি অরুবা থবক্কীনো ওঝা ? হাঃ—ওঝা ?

শান্তি :—ইহে, অঙাং নখোয়না থক্তবা রা নত্তে— । অঙাং নংগী নখৌ তৌ,—পারা ঔরাইয়ু ।

জামিনী :—খংদববু খংননবা তাকপিবদি ওঝাগী মথৌনি হায়হ্নুনা ওঝানা হায়বদাই— ?

শান্তি : – ( নোক্তুনা ) মত্থবুদে চুম্মে ; অত্থদা............... ।

জামিনী ঃ—চুন্নবদি তাকউ ওঝা— ।

শান্তি ঃ—তাকচরগে— অসিনে ইবেম্মা, ঐখোইগী স্কুল অসি চাওখৎন্নবাগী মরমদা সরকারদা চে অমত্তং থাগে তৌবনি ; নখোয়গী পাবনা হল্লক্লগা চে অসিদা শোই অমূক তৌখিগদৌরিবানি । ঙসি সহরদা চৎপা কনাগুম্বা মী অমদা চে অসি পিথিগদৌরিবনি—। থংলবরা— ? পারা ঔরাইয়ু –।
( লাইরিক ইবা )

জামিনী ঃ—ওঝা, হো ওঝা— !

শান্তি ঃ—কৈদৌরবগে জামিনী—?

জামিনী ঃ—খঙদবা অমগা লৈরে ওঝা— ।

শান্তি ঃ—করি খঙদ্রবগে,—তাক্কে, লাইরিক অত্থু পুরকউ— ।

জামিনী ঃ—পারাগী রা নত্তে ওঝা— ।

শান্তি ঃ— অত্থদি পারা ঔরাইয়ু –। ( লাইরিক ইবা )

জামিনী ঃ — ওঝা...... ।

শান্তি ঃ—তুম্মীন লৈয়ু ; জামিনী,—ঐনা হায়দরা—নহে তম্বা মতমদা নহে তম্মু, শানবা মতমদা শানৌ, নোম্বা মতমদা নোম্মু –! মতম মতম অত্থুগী থবকতা নপুক্লিং চঙগদবনি, অতোপ্পা রাখল খল্লোইদবনি হায়না ঐনা স্কুলদ নখোয পুন্নমক্ত তাকপত্থু কাওরবরা ? হৌজিক নহে তম্লিবনি নংগী পারাদ নপুক্লিং চংঙু। ( লাইরিক ইবা ) ঐ লোইদৌরে, পারা ঔরাইয়ু ।

জামিনী ঃ— ( লাইরিক ঔরাইরম্বাদগী, থংলাও লাওদুনা ) ওঝা—।

শান্তি ঃ—নং চৈ চাগেরা জামিনী— ? ( লাইরিক ইবা )

জামিনী ঃ—( শুকথদুনা ) ওঝা......... ।

শান্তি ঃ—করিনো হায়য়নে—।

জামিনী ঃ—য়ারদরা ওঝা—?

শান্তি ঃ--( নোক্তুনা ) য়ারে—।

জামিনী ঃ—ওঝাগীদু লোইরবরা— ?

শান্তি ঃ—লোইবে, হাইরো— ।

জামিনী ঃ—ওঝানা হাগথিবা, স্কুল চাওখৎপা হাযবাত্তবু করিনো ?

শান্তি :—অত্তবুবাও—হৌজিক এরেপাইগী স্কুল অসি L. P. কোই, হৌজিক নখোয় ছাত্র ছাত্রী মশিং যাম্নকলবনিনা ওঝাসু মশীং য়ামখৎননবা সবকারদগী মতেঙ ফংনবা হৈগদো রিবনি— ।

জামিনী °—সবকারদগী মতেঙ হায়বদি— ?

শান্তি ঃ—ঐনা সহরদগী লাক্তুনা নখোয়গী খুল অসিদ লৈদুনা নখোয় অঙাং পূম্নমকপু নহৈ তম্বীবিবসি নখোয়গী পাবগী খবচ ঙাক্তনিদো— । নখোয় পাবগী মকেদনা স্কুল অসি কয়াম চাওখৎপা ঙমগনি—। মতম কয়া কুইনা মশাগী ওইজবা পূম্নমক থাদোক্তুনা নখোয়গী পাবনা স্কুল অসিগী-দমক্তা হোৎনবা ঙমগনি ; সরকারদগী মতেঙ ফংলবদি নখোয়গী পাবগী অৱাবাসু কোক্লগনি ; সরকারনা নখোয়গী স্কুল অসিগী মথক্তা মিৎয়েং চংবিদুনা স্কুলগী অৱাৎ-অপা

য়েংশিনবীরবদি স্কুল অসি মশানা অত্তুম নোংম নোংমগী চাওখৎপা হায়বত্তু ওইরক্কদবনি—।

(মতম অসিদ মপালদা কোইরেঙনা "রো"—"রো"—"তি"—"তি" হায়ত্তুনা মল হোইরকপাগী মওংদা লাওরকপা)

জামিনী ঃ—ওঝা, পাব লাকএ—।

কোইরেঙ ঃ—(মপালদা) হাই, রো-নে; ইয়া মসিগী মল অসিদি লাইমা চোংলম চাদেদা—। হাই, জামিনী! তারিবরা হুপীমচা—?

জামিনী ঃ—পাব—।

কোইরেঙ ঃ—(মপালদগী) ইপাগী কাংখদা লিহিংগী থোরী অমা লৈহোবনি—খর পুরকউ—।

(জামিনী ইমুংদা চংখিবা; শান্তি লাইরিক অইবত্তু পাত্তুনা লৈবা—অশোয় অঙাম শেমদোকপা)

জামিনী ঃ—লৈত্রবরাও—?

শান্তি ঃ—জামিনী—! লৈত্রবরাও—?

(জামিনী থোরী অমা পায়ত্তুনা থোরকই)

জামিনী ঃ—লৈরে ওঝা—। (থোকখিবা)

কোইরেঙ ঃ—(মপালদা) কদাই, ইপাদা পিয়ু—।

"রো"—"রো—! হাই, মল নংবুনে; মসিগী হাকথক্তু লু-য়াং পূম্নমক তেক্কদোরি—। জামিনী, চরু অত্তু খর হাপচিনবীরম্মু—। (রা ঙাংন ঙাংন চংঙকই; কোইরেঙ খুদৈগী লৌখাও ফুরিং অমা লিংলি; মকোকতা খুদৈ

অমা য়েংলি ; মখোঙ-মথুং লৈখোম থর তৈ ; য়েনপাক্ অমা খুংনা পাইরকই ) য়োংগী মচা ষল য়োংমানবী অসিগী হাকথক্তা ইজং পুম্নমকস্থ মাঙগদৌরে- রাবনস্থ ইপুম থিংলে ; ( ফক্লাংদ য়েনপাক ওাশিল্লী )

শান্তি : কৈদৌরবগে খুড়া ?

কোইরেঙ :—( মকোক্তা য়েংলিবা ফি অতগী মরক্তগী কংক্র কানথক অমা লৌথোরকপগা লোইননা ) হেরা মুপীমচা, খুড়াগী ষল যোংমানবী মচি নাম তেকপা অসিনা তোই-জমগী তোনা খোযগী কংখোলগী চনশা -নাপী চাথোকলম্মে হৈ— অতদা মাগী মচা জুগোং চাদবা থর লৈবত্না কোনথোংজেনা মফাইগলদা শাথীনা ফুবিরক্লমাল্লে — অদুদা মফাইগল চিং চিংহ্না লাকপদা লৈরক্পা লৈখোম থোক-পনে খুবম অমা চাদবদগী কোমদা তাহ্না লৈরম্মে, কোমদগী চিংথংনবদা হুমাং তাখরে—। য়ো ষল অসিগী হাকথক্তা খুড়াদি মীরা তাবনস্থ লোইরে— রাবনস্থ ইপুম থিংলে—।

শান্তি :— খুড়া চে অসি শোই অমুক্তা তোবিয়ু।

কোইরেঙ : বরিগী চেনো ইবেম্মা—?

শান্তি :—নহান খুলগী অংল-লম্মন পুন্দুনা ইপা-ইচা এগোয় ময়াম লেপ্পথিবা স্কুলগী মরমদা চে অমত্তং সরকারদা পিশি হায়ন-থিবত্নগী মরমদনি— ।

কোইরেঙ ঃ—ও ! ও ! খুড়া ভাব তায়ে—। অত্থু ইবেম্মা চে অসি সরকারদা পিগ্রগা মতুং করি তৌরক্কদৌরিবা— ?

শান্তি ঃ—সরকারদা চে অসি পিগ্রগা মখোয় Education Dept. না হায়বদি স্কুলনচিংবা মহৈ মশীং তম্বাগী মরমদা থবক পুবিরিবা সরকারগী মীনা খল্লবীরগা, ঐখোয়না হোৎনজরিবা শেমগৎ-শাগৎচরিবা স্কুল অসি য়েংবা সরকারগী মী লাক্কনি ; অত্থদগী ছাত্র ছাত্রিনা মশী কয়ানো, স্কুলগী খিভমনা কদাই যৌবরা হায়বনচিংবত্থ য়েংলরে হায়রগা সরকারনা স্কুল অসি মতেঙ পীবা য়ারে হায়না খল্লবদি স্কুলগী হিরম খুদিংমক্কী অরাং-অপাগী মরমদা সরকারদা ঐখোয়না হায়জবদা মতেঙ শোয়দনা পিবীরক্কনি—।

কোইরেঙ ঃ—খঙদে—খঙদে- ইবেম্মা. খুড়া খোযদি মসিগী মরমদা উদগী তাবমূক পঙলবা ; করিন্থ খঙজদ্রবা, মিৎতাঙবা মীগা চপ মান্নরবা মীমান্নবা ঙম্নবা ঙাওখৎপগী লম্বীদা চংশিনবদা মিৎতাঙলবা ঐখোযগী চৈশুদি নহাক্ক ওইবীগদবনি—। স্বর্গগা পাংথক ওইরবা সহরগী ময়োলদা পোক্লবা মুঙাইকোন্দা চাওরক্লবী (জামিনী মপাল:রামদগী চংঙকই) নহাক্ক অরা-অনা থিদনা নরককা পাংথক ওইরবা ঐখোয়গী লরাই লম অসিদা লৈবীত্থনা মীমান্নবা ঙমদ্রবা পংলবা ঐখোয় পূম্নমকপু খুজেঙ পায়ত্থনা চিংখৎপিনবা হোৎনবীরিবসে খুড়াগী মুঙাইবগী ঙমথৈ লৈত্রে—।

শান্তি ঃ—নত্তে—নত্তে এনা করি ঙমজগদগে—! ত্তরাগী চৈশুনা

লেংথোং ক্বাই হায়ত্তুনা খুল অসিগী ইপা-ইপল-ইমা-ইবেল ইচিল-ইনাও ইবুং-ইপ্বা পুন্নমক্ন লিংজেল অমত্তা ওইনা পুকচেল-খোয়জেল তিন্ননা, ইশা ইশাগী ওইজবা কানবা পুন্নমক থাদোক্তুনা ঝাশকপগা লোঙ্ননা খুলগী চাওখৎ-নবগী থবক্তা পুক্নিং লুপ্নরগতদা, সমাজগী চাওখৎপগী থবক্তা পুক্নিং চংবত্তু সরকারনা উবিরগা ঐখোয়গী অনিওবা পুম্বা পাঙথোকপা ঙমগদবনি—। শে চে অসি শোই তৌবীয়ু। ( চে পিবা )

কোইরেঙ ঃ— (চে লৌন লৌন) খুলগী মী পূন্নমক পুকচেল খোই-জেল তিন্ননবদো খুডাগী দাইনি। অদুগা ইবেম্মাগী পাবুংগা ইমাগনা ননাই খুড়াবু মচানি মনাইনি থনবদগী ক্তংশি-বীত্তুনা ঐনা হায়জবদা যাবিত্তুনা নংবু অসিদা থাবিরকপা অসিদি পাবুংগা ইমা ইবেম্মাগী মফমদা পুন্সিগী লমন তৌল্লগদবনি—।

শান্তি ঃ—মত্তুগী মবমদা করিমত্তা থনবীরুগনু ; ঐ ইশানগা সমাজগী ওইবা অসিগুম্বা থবক্তা থর পামজবনে নচা ঐঙোন্দসু ইরুজনি বগা খোংগ্রা তেকপাগুম ওইখরে। অদুনা ইশানা পামজবা লম্বী অসিদ নচা ঐগীসু মায পাকচগে ; খুলগী মীপুম খুদিঙনা ইত্তেঙ পিবীনবা খুড়ানা হোৎনবীয়ু—। চে অদু শোই তৌসিনবীরো—। ( কলম পিবা )

কোইরেঙ ঃ—( কলম লৌন লৌন ) কদাইরাইদনো ইবেম্মা ;

শান্তি ঃ— ( খুদোনবী থিন্দুনা ) খ্বাইদা হেক্ত খুড়াগী য়ুমনাককা লোইননা মিং হেক্তো ইবীয়ু —।

কোইরেঙ ঃ—অদুদা ইবেম্মা, খুড়াগীদি খুবীগী ময়েক্ত ইবা তারেদো।

শান্তি ঃ—( নোক্তুনা ) ইহে, ইহে চুম্মীনা, ঐদি ইকাও কাওরুরে ! খুবীগী শোই হেক তৌবীরো—। ( চঙশিল্লক্তুনা কোইরেঙগী য়েংকী খুবীদা মুগ তৈবীবগা ) খ্বাইদা হেক নথারো— —। ( চেদা খুবী নমহনবা )

কোইরেঙ ঃ—য়ারগদ্রা ইবেম্মা—?

শান্তি ঃ- য়ারনি খুড়া— ! ( শান্তিনা খুবী নম্ফম অদুনাইদা [illegible] রিক খর ইবা ) জামিনী— !

জামিনী ঃ—ওঝা —।

শান্তি ঃ—য়েংঙোই জাশেপম্‌গী তাদ শমু খংডিদনা— ?

জামিনী ঃ—খংডি ওঝা— । মনাতোন য়াম্না চ ওবা [illegible] শমুযুক চাওবদু নংদ্রা— ?

শান্তি ঃ—জামিনী, অদুম্ন মীগী অশোয় অদাম কংদনা, নোক্ত-লঙনবা য়াগাও ভাওব হোনদে— । কো মতুঙ মনাও অদুম তাঙগনু— ।

জামিনী ঃ—মকোক চাওবু চাওই হায়র্বনি— ।

শান্তি ঃ—অদু ওইরবনু— । নচুম্ন মীনা শমখোয়বী তোরো মানবী হায়রবদি নং হরাওগদ্রা— ?

জামিনী ঃ—( শকফম হনজিন্দুনা ) ফরে ওঝা, করিনো হায়রে।—

শান্তি ঃ—তো অদুনি ; নংনা নথরায় মুডায়খ্রিবদো—? চংলু,

তা শমুদা চে অসি পীরু ; ঐনা ঙরাং য়াম্না মূননা ঙাংনখ্রবনি ; মহাক হৌজিক চাক চারগা সহরদা চৎকনি হায়রবনি—। শে ( চে অমত্তু জামিনীদা পীবা )

জামিনী :—( চে লৌন লৌন ) করি হায়রুগবা ওঝা— ?

শান্তি :— চে অসি ওঝানা পীরকইদা হায়রু। ববিমত্তা হায়রুগনু। ঙরাং ঐনা মরোল পুম্নমক মুন্না শিন্নখ্রবনি— ।

কোইরেঙ : অদু ঙসি দি নোংমাগী অংনি অফিস ছুটি ওইরমমোইদবা - ?

শান্তি : হয়ে অফিস মতমদা পীরু হৌবনি— । ( মতম অসিদা যাদব চিঠি অমা পায়রদুনা শুং শুং কপ্পুনা চঙলকই )

কোইরেঙ :- কৈদোবে যাদব ?

যাদব :— তাদ হবুভো, এখোয়গী ওঝা ওবেন্দা অদি অমুক উনজদে লাকপনি ।

শান্তি : করি হায়গে খুড়া— ?

যাদব : (কপ্পুনা) অসুম ঙাক্ত তুংগ্মা, ঐগী ইনা সুপা অঙাননবত্তু নতনদা চিকাগী যুম শাগনি হায়রনা মতোয়গী মনাহনবা অহেন ম রগা চৎমীনানা—অদুদ ... ... ... ( কপ্পা )

শান্তি :- ... বদা ? ( যাদবকী নত্তো অদু উবদা জামিনীন লৌনা ) জামিনী— ; নতনা চৎকদবা থবক অত্তু চৎলো।

( জামিনী ... থাংঙনা চেনখ্রবা )

যাদব : অত্তু ঐগী ইচা অত্তুদি ... মী থবগা লোয়ননা অমসুমদা থবক শুবা চৎখ্রে হায়— ।

শান্তি : অমসুমনা থবক শুবা চৎখ্রগা করি ভোনবগে — নাম্ব শুবা

হাযধসিদি মফম অবাঙ্গা লৈতে খর হেন্ন ওইজবা ফংগদবা মফমদা চৎপা হায়বসিদি হৌনশানি—। মণিপুরদা শুবস্তু আসামদা নোম্বস্তু শেল তানবগী তানবা চপ লাম্নৈ—বরিগী রারিবনো—?

যাদব:—(কপ্পুনা) খুড়াগী বা অসি অমুক্তা তাখানে; আসামদা থবক শুমাঙ্গবা মীশিং অমন ইচাগী মরমদা চিঠি অমা পীরম্লিনে—। চিঠি অদুগী মতমদা ফাইত্থনা লৈরুবা হুমিৎ নিনি-হুমনী শুগনি য; শো অমুক্তা যেবীযু—। (শান্তিদা চিঠি পীদা) অদু হায়বাদি মাখোয়গী টেলিগ্রাম হায়বরা লাকনা, মঙ্গান তায; (শান্তিনা পাবা) টেলিগ্রাম হায়বসিদি শিবা নাবদা অথুবা মরমদা পীনৈ তায—। নঙোন্দুদি (শান্তিনা চিঠি পানা পান নোকপা) মসি থেন ফংবদগী যানগনা ঈশিং চাইত্থনা লাসকন্নহৌবি—। নচা নিংঙ্গী পাঙ্গন হায়ঙ্গনা, মীনা হায়বদগী খুড়াসু চফু উয় ন থুগাঙ্গনা অমুং মপাল রাইরম লেথোকলো হায-বাসু—। (কপ্পুনা) শেল তানবা চৎশিবরা হায়ববু অচা ময়ম শিবা চৎশিনা তারে—।

শান্তি:—খুড়া—।

যাদব:—(কপ্পুনা) তাদ কোইবেঙ ইবুঙো, ননাও এদি হৌ-জিকপু অা-মযাও লৈগাক্তা ইচাগী আন্তি লোবা চৎপা তারিমাক্লেনে—।

শান্তি:—খুড়া—! (যাদব কপ্পা)

কোইরেঙ ঃ—যাদব, অমুক্তা তপথখো— ইবেম্মাগী ব্রা অমুক্তা তাথিসি—।

যাদব ঃ—( কপ্তুনা ) হা—ইবেম্মা,—খুড়াদ মুপ্পা তম্বীযু—। ইচাদো করি থাবানদা, করি শুমিঙ লৈথিদবনো? লৈথিদবা শুমিৎ কয়ানি শুরবগে? (নোং খোংবগুম লাওনা কপ্তুনা) ইচা লৈত্রে—ইচা শীখ্রে হায়বদি খঙদবনিনা ভরাং শুংদাংস্তু ভকরা খোংবা চারবে।

শান্তি ঃ—খুড়া, অমুক্তা কপখিগনু ঐগী ব্রা অসে অমুক্তা তাখোনে।

যাদব ঃ—হাযযু ইবেম্মা—। ( কপ্প কপ্প )

শান্তি ঃ—মসে টেলিগ্রাম নত্তে, চুম্নগী চিঠিনি। মতগীস্তু মথক্তা মতুংদা খুড়াখোয়না খঙগদবনি টেলিগ্রাম হাযবসে শিনা নাবগীদমক্তা পীনবা নত্তে। চুম্নগী চিঠিগীনি টেলিগ্রাম হায়বসিনা খব খন-য়াঙনা ঈ-পাঙ মোই হাযন্না অপু অকাযদা শিজিন্নবনি—। টেলিগ্রাম লাক্কগা শিন-নাবদা হেক্তা লোব যাদে।

যাদব ঃ—টেলিগ্রামদগীদি চুম্নগী চিঠিনা ঈ-পাঙ ফংবা খর তপ্পা হাযবা?

শান্তি ঃ—হোয খুড়া—! টেলিগ্রামনা থুই, চিঠিনা তপ্পী,

যাদব ঃ—( কপ্তুনা ) মতৌনা চুম্নগী চিঠি ওইরবদি ইচাদো লৈথিদবা মতম কুইবা তারে।

শান্তি ঃ—খুড়া,—? তাবিরিবরা খুড়া—?

যাদব ঃ—হায়য়ু ইবেম্মা—।

শান্তি ঃ—ঙরাং ঙাত্রা থোংবা চায় হায়বদায়দো--?

যাদব ঃ—চায় ; ইচা শিরে হায়বদি খঙদবনিনা—।

শান্তি ঃ—ঙসিনা ঙক্রা চারুরে— !

যাদব ঃ—করি হায়বা ইবেম্মা —?

শান্তি ঃ—হয়েং হ'চিৎতি শরেং লৈহৎনা চাননবা নচানা শেল থারক্লগনি—।

যাদব ঃ—হা ইবেম্মা —?

শান্তি ঃ—নচা শিবগী চিঠি নত্তে—নচানা লুপা ১০০ থাখি হায়বগী চিঠিনিনে —।

যাদব ঃ- লুপা ১০০ থাগ্রে হায়রকপা ?

শান্তি ঃ—হোযনে খুড়া—। কনানা করি হায়জিন্দুনা খুড়ানা ঙাওরুরিবনো—? শে—নচান পীরকপা চিঠি অসি পায়শিনখো।

( শান্তিনা চিঠি পীবা যাদবনা লোৌবা )

যাদব ঃ—ইশ্‌ - , হন্থংদা অরেম্বদা পি য়াম্না মাঙহনখ্রেদা—।

কোইরেঙ ঃ—শিবগী পাওনা পি মাওহনবা,—লুপা ১০০ গী পাওনা নোকহনবা—! কপ্পা নোকপা মচিল-মনাশুনি হায়বসি চুপ্পনিনে যাদব।

যাদব ঃ—ইশ্‌, তাদ কোইরেঙ, লাইবিক হৈতবা হায়বসি মিৎ তাঙবগা চপ মান্নে হায়বসি চুমখ্রেদা— ! খা—রাং কৈরোয় লৈকারগী মমাঙদ ইকায়খ্রেদা—অহলখংদা যাদব চোক্লেদো । যুমদা চঙগদববু ইবু ইকায়রেনে—।

শান্তি ঃ - খুড়া, খুদি থীদ্রিবমখে মী হায়বসি জ্ঞান তাদবনি—

মিত্তা লাইরিক উদবা খঙদবা হায়বসি কয়াদ চোপ্পবনো ! মহুদসু নৎতনা অরেম্বদা মীওইবগী ইন্দ্রি মঙামকপু কয়াদ শাথিনা অরাবা পীরুরবা ! ঙসি থোকখ্রিবা পুন্নমক অসিবু খুড়ানা লাইরিক লাইশু খঙবা মী অমা ওইরম্লবদি কদাই-দগী থোক্লমগদগেদো —?

যাদব :—চুমখ্রেদা ইবেম্মা— ।

শান্তি :—অহুনা ঐনা মতম লৈবখিবিক্তা খুলগী অহল লমন পুন্নমক্তা লাওজবহুনি— । হৌরকপা অঙাংশিং অসিদা মহে তম-হনবা নৎতন খুলগী চপা ইপল ইবুং ইপা পুন্নমকসু লাইরিক লাইশু তম্বীয়ু হায়রিবসে । য়ুম পানবগী নোংমগী শুদবা য়াদবা থবক ইংথাং নোম্বা লোইরগা অংশবা মতম অমা যেংন্দুনা নোংমগী মহু দা ঙহাক্তং ওইরবসু লাইরিক তম্লবদি ময়েকতা চৎলবসু মতম থরগী মহুংদদি অসিগুম্বা মৈতৈরোলগী চিঠি-হুঙখিতা ওইরবসু শোয়দনা ইবা পাবদি ঙমগনিদনা— ।

যাদব :—মিৎতা লাইরিক উদবা ইহৈ হৈহৌদবগী অরাবা খুদোং-থিবহু ঙসিদি তশেংনা ইশাদা পাল্লে— । ঙসি হুংথিল অসিমক ঐনা খুল অসিগী য়ুমথোঙ খুদিঙমক চৎতুনা অহল-নহা খাক্তনা মী খুদিঙমক লাইরিক তম্নবা ঐনা হাজরুগনি ; মহুদা য়াবিরকপা মখৈদি হয়েং হংচিৎতগী হৌনা লাইরিক তম্নবা হোৎনরগনি— । লাইরিক তম্বদা

য়াওরিবা ঐখোয় পূম্নমক্না অঙম অঙম্বা শেল খায়নরগা ইচা ইবেম্মাগী অরামলস্থ তৌজগনি—।

কোইরেঙ :—ইবেম্ম, খুড়াম্ব নংগী খুড়া যাদবকী রাসিদা ঐস্থ য়ারে—। মরম্দি লাইরিক পাবা ইবদি লায়রদনা, লাইরিক ময়েক ফাওবা খঙদবা ঐবু খুলগী লুচিংবা অমনি চায়ত্তনা খুলনা ঐগী ইরা চৎপীরিবা অসিস্থ ইতোমতা খল্লুরগা ফনা চকাইবা অমনি ; ঐস্থ লাইরিক তম্লগনি। যাদবনা হায়বগুম্মদনা ইচাগী অরামল কৎচরগনি—।

শান্তি : নত্তে, নত্তে, ঐগী অরামলগীদমক্তা করিমত্তা খনবীরুগস্থ। পীরবস্থ ঐনা লৌগদবা নত্তে ; খুল অসিগী ইপা ইপল ইবুং ইপরা পুম্নমক্না লাইরিক তম্বীত্তনা ঐন নিঙজবা অসিবু থুংহনবীরবদি ঐগী অরামল হায়ববু মত্তনি—। মীওইবনা নোম্নবিবা তোংনারিবা পূম্নমক অসিবু অনিঙবা অত্থু থুংনবগী দমক্তা নংত্রা—?

যাদব : অত্তদা—।

শান্তি :—অত্থু আদাগী করিমত্তা লৈতে ; ঐঙোন্দা পীবীগে হায়না খল্লিবদে। লায়ররবা, নৌনা হৌগৎলক্লিবা স্কুল অসিগী অরাৎ অরাৎপা শেমগৎ শাগৎপদা মতেঙ ওইননবা খুলনা খাজত্তনা লুচীংবনী হায়না থম্বীরিবা খুড়া কোইরেঙদা তুঙশিনবীয়ু—। স্কুলগী শিজিন্নবা য়াবা মতাঙদা শিজিন্ন-নবা।

যাদব :—নরা-নপাও তাবদা খুড়াখোয় মুংঙায়রে—। শোয়দনা

থবক অসি পাওথোক্লবা হোংনরগনি অহ্নগা তাদ, নহাক্কী নচাস্থপাক্লনা সহরদা মহৈ তমহল্লিবক্ষনা লোয়গদবা কয়াম ব্লাংলিবা—?

কোইরেঙ :—খওদেদা যাদব, থা ৩।৪ লৈরবদি লাক্লগনি হায়—মহাক লাক্লবস্থ মচা ইবেম্মা অসিদি চহিমুক্তি লৈহনখিগনি—। খুল অসিগী ফীভম অমা তাদ্রিবা কাওবদি লৈহনখিগনি—।

যাদব :—অক্লদা ইবেম্মাখোয়গী অহল-লমননা.........।

কোইরেঙ :—মক্লগী দায়ি ঐনি ; ঐনা চৎতুনা ভাংনরুগনি ; ঙসি ৫-১০ নিগী মমাদস্থ নোংমা ইচা ইবেম্মাগী পাবুংগা টমাগা লেঙক্লম্মীদনা ;

যাদব :—হা, ঐখোয়দি খওহোদেনে—।

কোইরেঙ :—গাড়ীদা লেংঙক্লম্বনি তক্লা অক্লম লেঙশরে—।

শান্তি :—খুড়ানা পোকপা ইচা অমা সহরদা মহৈ তমলি হায়বক্লদি কয়াম কুইরবা—?

কোইরেঙ :—পীশক পীক্লস্থ খুড়ানা থাদোকপা ভমদক্লনা চহি ৭।৮ শুরক্লব মতমদা মহৈ খরদং ওইরবস্থ হৈক্লনবা হায়ক্লনা সহরদা, খওন-চানবা মক্লপ-মপাংগী ময়ুমদা লৈহনখ্রিবনি! চহি ২০ রোম অসি মাদি সহরদদা লৈখ্রবনি – ! অসিদ লাকপা তারবস্থ অহিং অমা অনিদগী হেননা লৈতে। ইবেম্মানা অসিদা লৈবীরিবসি থা অনিরোম খরা হেল্লেদনা মক্লগী মমাদস্থ লাক্লম্মী—নোংমতং লৈরম্মী—। হন্দক

লাকপা অসিদগীদি স্কুল অসি পুরগনি অমুক চৎলরোম হায়রম্মী—।

জামিনী :—য়াম্না নুঙাইবা রানি—। ইবুঙঙ্গুনা লাকত্রিঙৈ মতম অসিদা ঐনা ঙমজবা খুলগী মতেঙ পীজরমগনি—।

কোইরেঙ :—নত্তে—নত্তে—অঙাওবা অপঙবা নবুঙঙ্গুনা করি খঙ-গনি- মহাক লাক্লবস্ত ইবেম্মাদি চহি অমারোমদি খুল অসিবু থাদোকপীবা য়াদে—।

যাদব :—মানি মানি ইবেম্মা ; ইবেম্মা চৎপা য়াদে ; ঐখোয়গী তাদ কোইরেঙগী মপ লদগী ইবেম্মাবু ওঝা ওইনা খুল অসিনা ফঙজবদি ঈশ্বরনা থানীরকপগা চপ মান্নখরে—। ঐখোয়গী তাদ কোইরেঙগী ইচান্নুপ সুর্য্যনা আ·সহরদা মাগা তিন্নব। মরূপনি হায়ত্তুনা নিপা মচা অমা স্কুল অসি পুননবগীদমক্তা থারকপা অস্তুদি মানা চহিমুক খুল অসিদা নৈরম্বদুদি চুম্নগী অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবতা—। খুল অসিগী চাওখৎননবগী মরমদা মহাক্না করিগুম্বা অমত্তা হোদোরকপা নৈতে ;

কোইরেঙ :—চুম্মী চুম্মী—মহুদি—। ইচা ইবেম্মাগা ওন্নোক্না থাপ্নখরে—। থাপ্নখরে হাযবসিদা নিপা মচা অত্ত ফংতে হায়বা নত্তে— মহাক্না পাম্বা থবক অদু খুল অসিগী অপঙবা মীশিংবু জ্ঞান তান তাকপীগুনা য়াংনবা ঙমদে অদুনা থবক অমত্তং তৌবদা মহাক্না নীঙহন্নে—। অদুগা

ইচা ইবেন্মানা খাঙবা কনবগী পাঙ্গল হেনবদা নত্তনা থবক্তা য়াওশিনবন্ড হেল্লি ; থাপ্লবা হায়ববু মাসিনী— ।

যাদব ঃ— থবক্তা য়াওশিনবা হেনবা হাযববু ইবেন্মানা ঐখোয়গী খুল অসিদা লৈবিবসি থা অনি খবদং হেল্লি - মসিদা ইবেন্মনা থরায় য়াওনা সরকারদা হায়নবীংনা ডাক্তরগী হিদাক লাংথক ফংননবা হোংনবীরীবসিনি— ।

কোইরেঙ ঃ চুম্মানে ; ঐদি ইকাও কাওই—সহরদগী ডাক্তর অমা সরকারনা থাবক্লগনি হায়বা পাও অসি নহাননা ফংলবনি— ।

যাদব ঃ— শোয়দ্রেবরা ?

কোইরেঙ ঃ—শোয়দ্রে— , ৬সি খুঙদে হয়েং খুঙদে লাক্লগাদবনি । লাক্কদোরিবা ডাক্তর অদুগী লৈফম চাফম থৌরাঙ তৌরগা সরকাবনা থব্র তপ্না থারক্কে হায়বদা মহুদি শব্র গীনবা তারে হায়তনা মতম থরগীদমক্তদি ঐখোয়না থৌরাং তৌ-জগনি হায়তুনা থাদ থাবীরক্লো হায়তুনা চে অমুক থাখিবা ৬সি ৭।৮ নি ওুরে—হা ইবেন্মা— ?

শান্তি :—চুম্মী খুড়া ; অদুদগী থারক্লনি হায়বা পাওস্ন ফঙলবনি ; মহুস্ন এনা নহান খুড়াদা তমজখ্রবদায়—?

কোইরেঙ ঃ— তম্মে ; ডাক্তর অদু লাক্লগা লেনবদি কোনশমগী তাদ মঙ্গীগীদা থৌরাঙ তৌরে— । অদুগা হীদাক-লাংথক যেনফমনা তোলচোগা দুকান ফমগনি হায়বা দুকান মচা অদুদা মতম শব্র ওইহনশি হায়তনা এনা ভাংনরবনি— ।

ঐনা ঙন্নাংদগী তোলচৌদা তুকাল অতু অমোৎ-অকায় শেং-দোকউ, ঙসি খঙদে—হয়েং খঙদে-—ঙেক্তো লাক্লগদবনি হায়গুনা য়াম্না লুনা শীন্নরম্বনি— ; ঐ হৌজিক ঙহাক লৈরগ অমুক চৎকনি— ।

যাদব :—অগুদি শোয়দ্রে ; তোলচে না ষনথি লৈঙোয় হাপতুনা মাগী তুকাল অগু রাই তৈবা উরম্মী , অগুবু সহরদগী ডাক্তর অতু লাক্লগা মীগী শাইক্তিন-শায়াদা অমুক তাহন্দ্র-বসু সরকারনা লৈফম চাফম শেম্বা লোয়রগা তপ্না অগুম লাকহনবনা ফরমগদবনি — ।

শান্তি :— নত্তে নত্তে ডাক্তর হায়বসিদি অগুক্কী মতিক থুনা ইনাক্তা থম্বা ঙম্লগ, থুল অসিগী চাওখৎপা ওইগদবনি —; মথোয় সরকারন। লৈফম চাফম থোরাঙ তৌরগা থারকপ তারব-দি চহি কয়াগী মতুঙদগী লাকপা য়াই ; মগুদি থুল অসিগী য়াম্না অমাঙবনি— ।

যাদব : ইবেম্মাগী রা অগুদি থুড়াদি ভাব তাবা ঙমদ্রে—; মরমদি ডাক্তর হায়বসি অনা-অয়েক্কীনী হায়বা দায়দো

শান্তি : হোয়, অশোক্ অনা লায়য়েংবগীনি - ।

যাদব :—তো, মগুদি থর তপলবগী থোয়না কায়দে মরমদি থুল অসিদা মাইবা-মাইবী কয়াম্সু লৈরী - ।

শান্তি :—মগুদা থুড়া, ডাক্তরগা মৈতৈ মাইবাগা থেন্নবসি, মাইবনা অমম্বদা পোৎ মাহনা থিবনি লাইবক ফরগা থেংনবা ; অগুগা ডাক্তরনা অঙানবদা পোৎ থিবনীদো , হায়বদি

ডাক্তরনা লায়েঙবনা লাইওঙ লাইশক্ খঙনা হীদাক লাঙ-থক পীজহনা ফননবা লায়েংবা ; অত্থগা মাইবানা য়েঙবনা অরেপ্পা লাইওঙ খঙদনা পঙয়েঙ য়েঙবনি—থেন্নবা হায়ববু অসিনি— ।

যাদব :—ফরে, মঙসু ওইরো—অহু ইবেম্মানা হায়খিব ডাক্তর লাক্লগা থুল অসিগী চাওখৎপা ওহগনি হায়বহুনা...... ।

শান্তি :—চাওখৎপা হায়ববু অসিনি খুড়া—হন্দক ঐনা থুল অসিদা থা অনি থর হেল্লপ লৈজরকপা অসিদা শিরিবা মীশীং অসি ফনা য়াম্মে ঐনা খেংনজরিবা—। হৌজীক্কী মতমদদি য়াম্না লায়না খন্নরবা লাযনা .কোলেরা, অরুম, লাইহৌ শাগৎপা অসি ঙাক্তনা শিখ্রিবা ঙাক্তনি ; থুল অসিদা ডাক্তর মতম চানা ফঙহনা হীদাক লাংথক চাহৌরবদি শিবা তারবসু অসি য়োনা মী মশী য়াম্না শিরোয়— লাইহৌ হৌ-হনা থা অমা হকচাং শাগৎলম্বা ডাক্তরগী হীদাক চারবদি থা অমগী মহুত্তা মুমিৎ তরানিদা ফগনি ; মহনা মীওইবা ঐখোয়দা কয়াদা কান্নখ্রবনো ।

যাবদ : - এ - এ—মহুদি য়াম্না কানবা রানিনা ; লাইহৌ খজিক্তং হৌবদা ঐখোয়গী তোলমু মাইবাগী হীদাক চাবনদি থা অনি চুপ্প ফংতে ; ডাক্তরগী হীদাক চাবনদি মুমিৎ ১০ নিদবু ফনি হায়রবদি লোউ-শীঙউবনাচিংবা থবক ইঙখাঙ নোম্বদা য়াম্না ওইজখ্রবা পোৎনি—। থা অনি ফমুঙদা লোংনা তাহুনা লেবগী মহুৎতা তরানি হীপ্পাগা ফবাহুদি

ঈশ্বরনা পীবা শিদ হীদাকওম্বনিনা—। হা, তা কোইরেঙ।

কোইরেঙ ঃ—চুম্মে ; ইচা ইবেম্মানা হোৎনবীবাবু ঐথোয়গী অমদি থুলগী ফনবা নৎতনা করি ওইগদগে ?

শান্তি ঃ—মীওইবগী পুন্সিদা লাইরিক হৈতবা য়াদবগুম লায়না পক্হন্দনা হকচাং ফনা, কন্না লৈহনবস্থ খ্বায়দগী মরু ওইবা পোৎচঙ অমনি ; মরমদি লাইৎক খীবনা লাইরিক হৈ-হোদ্রবস্থ পাঙ্গলনা নোমত্নুনা-শুত্নুনা মী ওইনা হীংননবগী লম্বী থিবা ঙম্মী ; লায়না পক্লবা হকচাং ফৎত্রবা শোল্লবা পুন্সি অহুদদি মহৈ মশীং ফনা হৈহুনস্থ পুন্সি অদো অরেম্বনি। শোন্দুনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরবা মী অহুগী পুন্সিদা করি নোমগনি—করি তানগনি। মহাক্না লৈপাক-কীদমক্তা চাওখৎনবা করি হোৎনবা ঙমগনি ;

যাদব ঃ—চুম্মী—। চুম্মী—!

কোইরেঙ ঃ—ময়েক্না তাবা ৱানে—।

শান্তি ঃ—পাঙ্গলবু কল্লবদি হকচাংবু ফরবদি অতৈমক ঙমদ্রবস্থ সিফাইগী থবক্তা তৌরবস্থ ইরৈপাক, ইজাতীগী নিঙচৎ ঙাক্লবগীদমক মঙোন্দগী কানবা থরদং ওইরবস্থ ফংজি। অহুনা মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং ফহন্না না-য়েক্তনা লৈহনবনা খ্বাইদগী অথোইবা লননি।

যাদব ঃ—চুম্মেদো ! হাকুম থরান থাগী লৌ-শিঙগী কনথ্রবা মতমদা ঐনা কুম লায়ন অরুম লাইহোনা নাত্নুনা থা অনিদং হিপ্পদা শেলনা কয়াম তিংথ্রবা—হকচাং কয়াম শোকথ্রবা।

নোংমদা চেং মেরুক মরি চারম্বা ঐনা চেং মেরুক অমা চাবা রারে। পাঙ্গলদা, পুন্নমক্তা কয়াম মাওখ্রবনো।

( মতম অসিদা রাধে চংলকই )

শান্তি :—রাধে—।

রাধে :—ওঝা—।

শান্তি :—কৈদৌরে ভসি অয়ুক্তি নগাক লাইরিক তম্বা লাকত্রবদি ? নোংমাইজিংনি হায়রুনা লাকত্রিবরা ?

রাধে :—অত্তগী নত্তে—।

শান্তি :—অত্তদি করিগী লাকত্রিবনে—? নহাক্তি ইমান্নবি অমনি অচুম্বম্ব মখক্তা অঙাং পিশকমকম্ব নত্রবনিনা তাকপদা লৌশিনবা হেক্তা ভম্মী হায়রুনা লাইরিক তম্বগী লম্বীদা খোঙচং থরা থুহনিঙরুনা ছুটি গুমিং থুদিংগী লম্নাই ওইনা নবু থরা তাক-খোংকে হায়বগা—।

রাধে :—ওঝা ঐবু ভাকপিবু; ভসি অয়ুকতু পাজিগী লৌহোল থবা ফোইরমদ্রবদি লবুকী থবক লেপ্প তারে হায়রুনা কন্না হায়মনবদগী লবুক্তা চংচরুরে—।

শান্তি :—ফরে—ফরে—মতুগী ওইববদি; মতুম্ব তৌদবা য়াংদবনি—

রাধে :—ওঝা ঐনা লাইরিক তমলিবনি হায়রুনা লাকলিবসি ওম্বোক্ক। রানা নাম্বোকচরকত্রপোংনি।

শান্তি :—করিগী—!

রাধে :—লৈশাবী ফারবী নয়ুম পানবা য়ারবী নংনা নহৈ তমহুনা

করি ক'মগদৌরিবনো থবক শিৎননবনি হায়হুনা ওন্থোক্লা ভাংথ্রে— ।

শান্তি :— নোক্কুনা) নংগী পাজিনা জ্ঞান তাদহুনা তৌরিবনি ; ইহৈ তথা হায়বসে লৌশিং ভানবনি ; অহুনা মহৈ তম্বদা নাহা অহন খাইদে—মতম নাঙদে মতম লেপ্তে হায়য়ু— ।

কোইরেং :— মুপীমচা রাধে নংনবু নহৈ তমনিংলবদি ইপানা নংগী পাজিদা হায়গনি ; ইহৈ তম্ববু লোয়া থুপ্পা তম্মে হায়বরাও — ? নৎতবা শাজৎ চৎপ — ফৎতবা থবক তৌবা—মীগী মপোৎ হুরাল্লুবদবু অরোনবা শাজৎ চৎপনি— ।

যাদব :—নহাকগুম্বী লৈশাবাদি হায়কগনু —হন্নবব ঐথোয় ফাওবা অহিং-মুংথিলদা কৃষ্ণগী নাম শোনবগী মহুৎতা "অ - অা" বু হরিনাম ওইনা শোনগদৌরিবনি।

রাধে :—অওইবরা পাজি — ?

যাদব :—অওইবনে— ঐথোয়মু হয়েং হংচিৎতগী তৌনা ছাত্র হন্নবদা মিং চনগদৌরবনে— । পাজি ফাওবা ঐনা হায়রুগদৌ-রিবনি

রাধে : -ঐথোয়গী পাজিদি মী মওং মতা অমনি হায়বিরুগনু— ।

কোইরেও : —অফবা থবক তৌশি হায়বদা হায়রুন্নু মী মওং অমনি হায়রিবসিবু নথোইগী পাজিবু ভাওরবরা—?

রাধে :—ভাওদে— ।

কোইরেঙ :—ঙাওদ্রবদি, মীওইবগী জ্ঞান মাংদ্রবদি, অকবা থবক তৌসি হায়বদি য়াফম থোকইনা—।

রাধে :—চুম্মে; পাজিথোইনা হায়বিরিবদো—। অন্তবু পাজিদি মাইবা শাবনি হায়তনা নোং ফুং ঙানবদগী চংখিবতনা অয়ুক্কী চাক চারমদাইদা হঞ্জিল্লকই - অতুদগী চাক চারগা অমুক চংখিবতনা মুংদাংগী তুমমদাইদা হঞ্জিল্লকই— মতম শংদে শেল তানবগী মতম মাংননবনি হায়বকই—। ( জামিনী চঙলকই )

যাদব :—মহাক্না মাইবা শাতুনা তাল্লিবা শেল অতনা লৈবা ফংদনা মহৈনি - লাইরিক তম্না হায়বসে, অস্নম্না জ্ঞান তানা হায়রগা নংগী পাজিতসু মবাইনা যাজগনিদা—।

রাধে :—যাবু য়ারক্লবদি ঐনতুম থোইনা হবাওজগদৌরিবনি—। ইহে, ঐনা লাকলিবসি পাও অমা ওঝাদা তমগে হায়-তুনা লাকপনি।

শান্তি :—করিনো—?

রাধে :—সহবদগী ডাক্তর অমা লাক্কনি হায়বতু লাকহোরে—।

যাদব<br>কোইরেঙ } —( হরাওনা ) হা—?

জামিনী :—লাকহোরে পাবা—।

শান্তি :—অচুম্বা পাওরা রাধে?

রাধে :—অচুম্বনি—। খুড়া তোলচোগা উনতুনা লোইনরকপা হিদাক লাংথক্লচিংবা খরদি খুড়া তোলচোগী তুকান্দা থমহোই ; খুড়া তোলচোগা লোইন না অসিদা লাক্লগনি।

কোইরেঙ :—অত্তুদি ঐখোয় খর চৎতুনা ওকলুশি— ।

যাদব :—(খোঙগাল রোমদা য়েংলুরগা) এ—হায়নরিভৈদা য়ৌরকএ।

শান্তি :—কদায়— ? ( খোঙগাল রোমদা য়েংলুরগা ) লাক্লিবসে ওইরম্লগনি— ।

কোইরেঙ :—অত্তুদি— । ( ময়াম পুম্নমক ফুক ফুক হৌগৎনবা, শান্তিসু চেয়ারদা ফম্নদগী হৌগৎতুনা মেজ চৌক্রী লোইশিনবা— নানৃখোক খোৎতোকতুনা ভৌবা ; মতম অসিদা স্নাজাও মখোঙ লৈখোম ইতৈ তৈরভনা মখুৎ নামনা বেদিঙ পায়রত্তুনা মখুৎ নামনা সুইটকেশ অমা পায়রত্তুনা চঙলকই)

শান্তি :—তা স্নাজাও, ডাক্তর বাবুগী পোৎ-চৈরা— ?

স্নাজাও :—মানি হোয় ; কদায়দা থমজগনি ;

শান্তি :—ফক্ অত্তুদা থম্মো— । ( স্নাজাওনা বেদিঙ, সুইটকেশ ফক্তা থম্বা ) ডাক্তর বাবুদি— ?

স্নাজাও :—পুখ্রীদা খোঙ লেখোম লেনাঙ তৈবা হামদোকহৌরি ।

শান্তি :—( মানক্তা লৈবা ফদি অমা লৌরগা ) রাধে— ।

রাধে :—ওঝা— ।

শান্তি :—নং ফদি অসি ডাক্তর বাবুদা খর পীরু— । শে —(রাধেদা ফদি পীবা ) চৎলো— ।

রাধে :—ফনি— । ( ফদি লৌরগা খোকখিবা )

কোইরেঙ :—স্নাজাও, ডাক্তর বাবুগা নংগদি কদায়দা উনরক্তুনা…?

স্নাজাও :—খুড়া তোলচৌনা য়ুমদগী কৌথোরক্তুনা খুড়াখোয়গী সি তাম্না ডাক্তর বাবুগী পোৎ-চৈ অসি খর ফিল্লুচো হায়বদগী

ঐ লাকপনি ; খুড়া, ডাক্তর বাবু অসিনা ঐখোয়গী থুল অসি তাগ্না লাকপদি ওস্তোক্লা য়ানা য়ৌরকপ্রবা পোংনি ;

যাদব :- হ'—কমদৌবা— ?

স্নাজাও :—হায়বদি শোরোক অচোবদগীদি মাইল মরি মঙা চঙ-শিল্লিদো—হরা গাড়ী চেন্দেদো ; অত্তুগীসু মথক্তা হৌজিক নোংজু পানথাগা ওইবনে, লম্বীনগা লৈখোম থোকইদো ।

কোইরেঙ :—মহাক্কী মপোং-মচৈশিং অসিদি মশানা পায়ত্তুনা··· ।

স্নাজাও :—মত্তুমক্তী পায়রকতমাল্লে—হরা গাড়ীদগী কুমথরগা শো-রোক অচোবদগী অসি তাগ্না লাকপদি মী অনি নেক্তুনা হীদাক লাংথক্লচিংবা পোং-চৈ অসিদি পুহল্লকমাল্লে— ।

যাদব :—অত্তদি খোয়না য়াৱকতেদনা— ।

স্নাজাও :—করি য়ানোনে খুড়ানা হায়রীবত্তুবু, পোং-চৈ মীনা পায়-বীরক্লবসু লম্বীনগা শাগুবনে—লৈখোমনগা থোকপনে — লাকথোক্তনগা লাকপনে ডাক্তর বাবুনা হায়ববু ওস্তোক্লা য়ানা য়ৌরকখরে হায়— । [ বসন্ত মথুং নামনা খোংগু্প পায়রগা মথুং নামনা ফদিনা মমায় থেখোক্ তৈথোক্না চংগকই ; য়াধেনা তুং ইগ্গরকই ]

বসন্ত :—অচুম্বমকনি ঐখোয়গী মরূপ অসিনা হায়রিবসি—ওস্তোক্লা য়ানা ঐ য়ৌজরকখরে ; যম লৈপাক হায়বত্তু অশুম তৌ-রিগদরা হায়না খন্দবা ওমদে ; এ,—মসিদা ( পায়রকপা খোংগু্প চিদাই অমদা থম্বা ) ঐনা যম লৈপাক হায়

হায়ত্তনা ময়াম্না ৱারোৌবীবা তৌবীগনু—। ৱাহৈ হায়বহুনি ; ঐনা ৱানা খুল অসি য়ৌরকমনগ্রহুনা অত্থুক চাংদমনজবনি ময়াম ৱারৌবীগনু—।

শান্তি :—করিগী ৱারোগদগে ? ৱাগী ৱাপা চাননবা হায়নবা ঙাকতনি—। চেয়ার শোমদা লেংশিনবীয়ু—।

বসন্ত :—( ৱাধেদা ) ইবেম্মা শে ( ফদি পীবা )

ৱাধে :—য়ারগদ্রা—? ( বসন্তনা শান্তিদা মুন্না য়েংবা )

শান্তি :—ফদিত্ত লোইরবরা হংলিমান্নে—।

বসন্ত :—ও—। য়ারনি ; ( শান্তিদা ) নত্তে, ইবেম্মাবু……।

শান্তি :—হোয়, ঐশু সরহদগীনি : থোইবী লোই থাবগুম ঐবুসু মতম থরগী লোই থারক্লি ; অত্তদা থোইবীবু মপা ইবুঙো চীংথুবা বুংরাঙনা ৱারক ৱাতেথনি হায়তনা লোই থারগা মজা ইবেম্মা থোইবীনা তুমু কোম্লংদা মহাক্না হৈবা মহৈ, ফীশা লোনশাবা, মোইরাং জগোইনচিংবা শাদোক্তুনা মুঙাইনা লৈবগুম ঐশু খুড়াথোয়গী খুল অসিদগী মুঙাইবা পুক্সি অমা ফংলি—।

বসন্ত :—নত্তেনে ইবেম্মাবু ঐখোয়গী স্কুলগী ইন্সপেক্টার খুড়া ইবুঙো চৌরজিৎনা পোকপা………। মিংনা……শান্তি …..।

কোইরেঙ :—মানি—মানি ইবুঙো—, ঐনা খুল অসিগীদমক্তা স্কুল মচা অমত্তং তেক তেক লিঙথংচবা অমা লৈ ; সহরদগী নিপা মচা অমনা চহিমুক পুবীরম্মী, অত্তুদগী ঐখোয়গী খুল অসিদা লৈবদা কয়া হৈনত্রবরা—অত্তুম

চৎখ্রে— । অতুদগী লম অসিনদি সহরদগী থাপ্লগা লৈবনে লমদাগুনগা হরা ফাওদবনে—লন্নাই স্কুলগা ওইবনে সহরদগী ওঝা জুগোৎচাবা অমত্তা লাকপিয়ু হায়বা য়াদবদগী—সহরদা কনা খওন-চানবা, ঐবু মুংশিবীগদবা লৈবগে হায়তুনা থনবদা ঐখোয়গী ইবুঙো চৌরজিৎ বাবুদা দন্দবোৎ তৌতুনা খুরুমজরুবদগী মচা ইবেম্মা শান্তি অসি মতম থরদং নংগী খুড়াখোয়গী স্কুল অতু য়েংবীরুচো হায়তুনা হরাওনা য়াবীরকুনা ইবেম্মানা স্কুল অসি পুবীরকপা থা অনিরোম থর হল্লে— ।

বসন্ত :—খুড়া ইবুঙো চৌরজিৎতি মশানগা School Inspector নিনা অসিগুম্বা মহৈ-মশিং তম্নগী লম্বীদা খুল চাওখৎননবা হোৎনবদা পুক্লিং য়াম্না থিংজিল্লি — । স্কুলবু ক্লাস কদায় ফাওবা··· ?

শান্তি : -ডাক্তর বাবু, মচিন মৈ মুবদা ওায়রিবনি হায়বা য়াই ; হায়বদি Class III ফাওবদা লৈরি— ।

বসন্ত :—ঐ. আ—সহরদদি ভাব তারকে ; হোজিকতদ অসি য়োরক্লগা ভাব তারে— ? ঐখোয়গী খুড়া ইবুঙো চৌরজিৎনা খুল অসিদা ডাক্তর অমা থাননবা আ—সহরদা য়াম্না কন্না হোৎনৈ হায়বসিদি খুল অসিগী ফনবনিদি হায়ববু ইবেম্মা শান্তিগ লৈবননিদনা······ ।

কোইরেং : হোয়—হোয়; ঐখোয়গী ইবেম্মা শান্তিগা মাগী পাবুং চৌরজিৎ বাবুগা অনিনা হোৎনবীবা মপালদগী

ইবুঙো ডাক্তর বাবু ঐখোয়গী থুল অসিনা থুনা ফংজরিবনি।

বসন্ত :—( চেয়ারদা ফম্লগা ) ফরে, হৌজিক্তি ঐ রা অমা অনিদং হায়জগে—।

কোইরেঙ :—হায়বীয়ু—হায়বীয়ু—।

যাদব :—নক্তে, ইবুঙো ডাক্তর বাবুগী নামবু.........?

বসন্ত :—ও—, ঐগী ইমিং বসন্ত কৌজে—।

যাদব :—খুড়াগীনা যাদব কৌজে—। অদুগা থুল অসিগী লুচিংবা অক-ফত্ত পুন্নমক্কী তান্নফম ওইরিবা ঐখোয়গী তাদ অসিগী মিংনা..........।

বসন্ত :—কোইরেঙ কৌই—।

যাদব :—হোয়—; বাবুদি করম্না—?

বসন্ত :—থুল অমগী লুচিংবগী মিংবু খঙদবা হৌনবরা? মতু ফাওবা খঙদনা ঐনা থুল অসিদা করম্না লাকনি।

যাদব :—ঐখোয়গী থুল অসিগী থৎনকৈনবা য়াথোক-লানথোক্ পুন্নমক তাদ অসিনা য়ায়েল্লিবনি; তাদ অসিনা হায়বা ইন্দবা কাংবুশিং অতনা অ—সহরগী অচৌ-অশাংদা লানথোকপা অসিনি ঐখোয়গী থুলগী চৎনবীদি—।

জামিনী :—অদুগা ঐগী মিংনা..........। ( বসন্তনা নোক্নুনা য়েংঙকপদা জামিনী ইকাইখিবা )

বসন্ত :—করি কৌবা হায়নুনে—?

জামিনী :—জামিনী—।

য়েক্লবা কাঙলুপ—হুয়িংগী মপৈ। (ময়াম পুন্নমক ঙক্পোই নোকনিঙবোই তোবা ) অহুদগী অনিশুবা য়েক্লমা কাঙলুপ্না কাঙগী মপৈনি।

ময়াম ঃ— ( নোক্লুনা ) অহু ওইরে বাবু—?

বসন্ত ঃ—ময়াম পুন্নমক নোকপা লোইবিদ্রিব্বরা— ? (ময়াম পুন্নমক তুম্মীন তুম্মীন লৈবা ) করিগী তুম্মীনমা লৈবীরিবনো— পেম্ননবা নোকপিহোরো ; মরমদি ঐগী রা মথাশিং অসি তারবদি নোকপা চঙবদি লাইরদনা রাখল খনবদা কোক মৈমুক শাগনি চিনবান থক-খা থ্রক্ থ্রক কঙগনি—

যাদব ঃ - ডাক্তর বাবুনা লুনা খনবীরগা লায়না হায়দোকপীরক- পত্থদা কনানা নোক্লবা ঙমগনি—।

বসন্ত ঃ—অহুনবু ঐস্সু পুক্নীং পেনমা নোকপীহোরো হায়জরিদনা।

কোইরেঙ ঃ— মথা তাবীরো—তাবীরো— ।

বসন্ত ঃ—হয়িং হায়বা য়েক্লবসিনা মীওইবগী পুন্সিবু কদায় ফাওবা ইলায় লায়না মাঙহনবগে অমসুং মতৌ করম্ম মাঙহনবগে হায়বদা ফংতবা লাইথুং থুংবা অনাবা অমগী লোক্ তিমদা তোঙলুরগা চান-থক্লবা পোংত্তা তোঙলরবদি অচাপোংশিং অহু চারুবা মীপুম খুদিঙমক্কী মশাদা লাংথুং ফংত্রবা অতগী মহীক মনাই চঙখি ; অসুম্না মখোয়না অমদগী অমা লায়না শন্দোক্লুনা মীপুম খুদিঙমক্কা শীনবা থুংনা শন্দোকই ; অহুনা হয়িং হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী য়েক্লবনি হায়র্বসি ময়াম্মা য়াৰ্ঈনিঙ্গদবরা —?

ময়াম ঃ—চুম্মী চুম্মী—।

কোইরেঙ ঃ—ডাক্তর বাবুনা হায়রিবসি চুম্মীনে যাদব ?

যাদব ঃ—চুম্মী তাদ—।

বসন্ত ঃ—অহুদগী য়েক্লবা অনিশুবা কাং হায়বসিনা মীওইবগী হকচাংদা চীক্লবদি অরুম লাইহৌনচিংবা লায়না মথল মথলনা মাবু নাহল্লি।

স্নাজাও ঃ—ডাক্তর বাবু, কাংনা চীক্লবদি অরুম লায়হৌনচিংবা তৌ-বোইরে—?

বসন্ত ঃ—তৌই ; চান-থক্লবা পাংতা হয়িং তোঙহনগনু হায়রিবসি ফংতবা পোংতা তোঙলুবা হয়িংতুনা তোঙবা অচাপোং চারবদি হকচাংদা অনাবা পকলক্কনি হায়বনি অহুদগী তুম্বা হিপ্পাদা কাংথল থল্লু হায়রিবসিনা কাংনা চিক্লবদি হকচাংদা অনাব পকল্লক্কনি হায়বনি—।

যাদব ঃ—চুম্ম য়ানিংঙে ; কানা চিকপনবু হকচাংদা চৈনাখোল কয়াম ফাওগদগে—। হকচাংদা অনাবা পোকলক্কনি হায়হুনা তৌবনি।

কোইরেঙ ঃ—নত্তে ডাক্তর বাবুগী করিগুম্বা থক-চানবা অমম্বা তৌ-দ্রবরা নখোয়বু—?

শান্তি ঃ—করি হানবা তৌনি—। রাধে, শায়বা অমুক্তা লাও—! ( রাধেবু থর কৌথোক্লগা ) য়েংঙোয় রাধে, চাংচিনিদি লৈরমগনি অহু যঙ্গোমদি লৈরম্মলোই—নখোয়গী যঙ্গোম লৈরবদি থর লৌক্ক—।

রাধে :—লোক্লগে ওঝা—। ( চৎকে ভৌবা )

শান্তি :--য়েংভোই লৈরবদি থর য়াম্না পুরকউ চা তৌত্রবস্থ ষঙ্গোম ওইনা তৌনবা—।

রাধে :—হোয়—ওঝা—। [ থোকথিবা ]

বসন্ত :—ঐনা গুসি বারী তৌজরিবা থরসি থুড়াখোয় থুলগী লুচিংবা থর অসিনা থুলগী মী পুন্নমক্তা ভাব তাননবা তাকপিগদবনি—।

কোইরেঙ :—থুড়াখোয়নস্থ হায়জগনি— অচগী মথক্তা ইবুঙো ডাক্তর বাবুনা অশংবা হুমিৎ অমা য়েংলগা লম্পাক অমদা মীয়াম কৌরগা জ্ঞান তানা তাকপীবস্থ ফগনি—।

বসন্ত :- থুলগী মী পুন্নমক্তস্থ ঐনা হায়জগনি ; মী পুন্নবা থোরাঙ অহুদি থুড়াখোয়না ভৌবীগদবনি।

যাদব :—মহুগীদি থুড়া লৈরি—। য়ারী অসি ফনা হুভাইরি—বুদ্ধি লৌশিং ওননবা থরদংগা...... ।

বসন্ত :—ফরে, অহুদি—হৌজিক ঐনা হায়জথিবা ঐখোয়গী য়েক্লবা অখোয়বশিং অসিবু থুল অসিদগী তাম্থোকপা তারবদি Social Work হায়রবদি সামাজগী থবক্তা ঐখোয় পুন্নমক্লা পুকচেল অমত্তা ওইনা হাপতা অমগী মস্থংদা নোংমতা ওইরবস্থ মতম কাইথোকপা তাই ;

কোইরেঙ :—হাপতা অমগী মস্থংদা নোংমতা নত্তে—হুমনিবু কাইথোক্তনি—। অহুদা শুগদোরিবা থবক, সমাজগী থবক হায়বহুবু করিনো— ?

বসন্ত :—খুল অসিগী মী পুম্নমকী ওইনা কানবা থবক অহুবু সমাজগী থবক হায়বদি Social Work কৌই। ঐনা লৈরিবা লম অহুবু চাওখৎহনগে হায়রবদি হায়নবা নেক্সবা নাইদনা Social Work ইশা। শানা ঐগী ইথৌনি হায়না চোঙ-খোক্সদবনি—। কাঙ অমসুং হয়িংবু তানখোক্সে হায়রবদি লৈরক খুম্নকী নাক্-য়েংতা খোঙবান-লুকপানদা ফংত-হৌদি লৈরিবসি শেংদোক্সদবনি— লুন নাগ থমগদবনি; ইংখোল মনুংদা অপুম-অকায় থমলোইদবনি; অমোৎপা তাহল্লোইদবনি; লুখাক্লা কোম অমদি যণগী যঙ্গোণ-নচিংবা লৈফম অমসুং চাক চাকমদগী শাপ্পা থমগদবনি; মরমদি হয়িং, তুমীৎ, কাঙ হায়বসিমক্কু অপুম অকায় মরক্ত লৈগল্লি—মচা পোকই—। মখোয়গী লৈফম অহু থমত্রবদি খুল অসিদা মখোয়গী লৈফম লৈত্রেদনা— ?

ময়াম :—চুম্মে য়ানিংঙি—।

বসন্ত :—খুঙ্গংবু চাওখৎহনগে হায়রবদি Social Work তৌগদব-নি; Social Work তৌবা তারবদি হকচাং ফবা অমসুং পাঙ্গল কনবগী মথৌ চংঙি—। হকচাংনা ফংত্রবদা পাঙ্গলনা শোল্লবদা পুন্সিদা করিমত্তা পাঙথোকপা ঙমলোই—। অঙনা হীরম খুদিঙমক্তা হকচাং ফবা অমসুং পাঙ্গল কনবগী মথৌনি—।

যাদব :—চুম্মে; চাকপু চাত্রবদি মী শীরিবনি, অহুবু হকচাংনা

শোল্লবা পাঙ্গলনা ফংত্রবদা থবক শুনিংবদি লাইরদনা চারু ফাওবা চানিঙদে— ।

বসন্ত ঃ—অত্তগা রা অমমা থুঙ্গংবু চাওখৎনবা হোৎনরা অমদি অরাংবা থবক্তা মীওইনা হিৎত্তুনা লৈগে হায়রবদি কোমি-'নিউকেসন হায়বদি চৎথোক-চৎশিন ভৌবগী থবক্তা য়াম্না খুদোঙ চাহনগদবনি ; হায়বদি কন্থী-থোঙ মহৎনবা হোৎ-নগদবনি : থন্দূনা য়েংঙু থুল অসিদগী মী অমনা সহর তান্ন চৎতুনা করিগুম্বা ওইজবা অমা লৌবা চৎপা তারবদা হরা চেনবা শোরোক ফাওবা খোঙনা চৎলে— । অতুমনা রানা সহর তান্ন খোঙনা কয়ারক চৎনিংগনি ঙসিমক্তদা এৌনা থুল অসিদা হীদাক লাংথক থর হরাদা চাপ্তুনা পুরকপবু অসি তান্ন লোইনা পুরকপা ঙমদত্তুনা হরা থা-ফমগী শোরোক অচৌবগী ঠকাল অমদা হায়নত্তুনা থম্মা্ম . অমুক মী অমা অনি চৎতুনা লৌরুখিগদবনি—। থুল অসিগী লন্থী থোং ফরমত্তনা অসি তান্ন হরা চেল্লমলবদি কদায়দগী থবক অনিরক থোক্কদগেদো !

যাদব ঃ—মত্তগীদি হৌজিকমক মী অনি অত্তুম চৎলগা লৌজরুগনি

বসন্ত ঃ—মত্ত শুন্দোক্তুনা মাৎহনগনি হায়জবগী রা নত্তে, লোবুদি শোয়দনা লৌরুগনি ; এৌনা হায়জনিংবনা অসিনি—

কো'ইরেঙ ঃ—তাকপীয়ু— ।

বসন্ত ঃ—থুল অসি তান্ন হরাগাড়ী চংবা য়ানবা লন্থী-থোঙ শেম্নবদি থুল অসিগী কানগদবা লায়েংবদা চঙবা হীদাক লাংথক

পুন্নমক য়াম্না কোম্ন কোম্ন সরকারগী গাড়ীনা পুবীরক্কনি। অতুগীসু মথক্তা হরান্নি লম্বী কাওরবদি লম্লোন ইতিক্কী মরমদসু য়াম্না চাওখৎকনি; "লম্লোন-ইতিক তৌবদা লক্কীনা ফম্বী অতগী তু দা লৌউ-শিংউবদা"— অসুম্না লাইরিক্ত হায়রি—। লম অসিগী পোংথোকসু সহরদা পুখৎতুনা য়োনগনি—অতুগা সহরদগী কানবা পোংসু খুল অসিদা পুশিল্লক্কনি—। মতু লম্বী থোং ফরবদি কয়া কোম্না থোকখ্রবা—।

যাদব :—চুম্বী ইবুঙো; ঐখোয়না মোড়গ লম্পাক অমা থারগা লুপী অঙাংনা লাইতং অমমম কোক্না হোন্দুনা য়োনবত্নদি করি চাওখৎকনি? হরা চেল্লবদি কয়াদা লুঙায়রগনি —।

বসন্ত :—অতনা খুড়াখোয়দা অমদি হান্ন লৈবীরম্লবী ইবেম্মা শান্তিদা ঐনা হায়জনিংবদি য়াম্না থুনা খুলগী মী পুন্নমক পুন্ননব মীটিন অমা কৌবীয়ু—। মতুদা লম্বী-থোং শেম্নগী রারেপ তাগদবনি; ময়াম পুন্ননবা কৌবদা অসুম্না হায়বীগদবনি—মতুদা শেল চংগদবা নত্তে; ইশাগী শুমাং শিংপদা শেল চঙবরা পাঙ্গল খর রাবতনি, ময়ামগী থবক্তী ঐ ইশাগীনি থন্দুনা য়ুমথোং থুদিঙদগী নিপাবু ওইরবসু, লৈজবা খুৎলায় অমমম পায়তুনা চোংথোকপিরক্কদবনি— অসুম্না ময়ামদা হায়বীগদবনি—। ময়ামগী অমত্তা ওইবগী মমাঙদা থবকনা কয়া কুইনা পন্দুনা লৈগনি—নোংমগী

মসুংদা অঙম্বা থর খরদং শুরবসু মরাইনা লোইজরকক্নি—। অত্থদগী ঐখোয়না সরকারদা হায়জরুগনি — ঐখোয়না নোমজবা শুজবত্থ উবদা পেনবীত্থনা সরকারনা শোইদনা মুং থাবীরগদবনি—কোলাশ লম্বেল ওইহনবীগনি —

স্নাজাও ঃ—অত্থদা ডাক্তর বাবু, সরকারনা ঐখোয়গী খুদোং চাদবসি য়েংবীত্থনা শেম্বীবদাদি য়াদবরা - ?

বসন্ত ঃ—চুম্মী মত্থ— । অত্থবু মতম অমত্তদা সরকারনা পুম্নমককী মপুক পেলহনবা, খুদোং চাহনবদি ঙমদবনিনা থর তম্পাগী রানি—ঐখোয়না হোৎত্রবত্থ সরকারনা শোইদনা হোৎন-বীগনি— । অত্থবু ঐখোয়না থর থুনা চাওখৎপগী লম্বীদা খোং থাংজিনশি — মীমাগ্নশি হায়রবদি সনকারনা পাংথোকপিরকপা ঙাইদনা ঐখোয়না হান্ন অঙম্বা থর সরকারগী মতেং পীশি — অত্থদগী ঐখোয়না অমুক সরকারদগী মতেং নিংশি—।

কোইরেঙ ঃ—অত্থদি থবক অসিদি হাবা য়াদ্রে, থবক য়াম্না কুংলে— ।

শান্তি ঃ—খুডাখোই অমদি তা-স্নানাজাও খোইনা থরাই য়াওনা হোৎনবীত্থনা ডাক্তর বাবুনা তাকপিরিবা হীরমশিং অসি য়াম্না থুনা পাংথোকপিননবা হোৎনবীগদবনি— । পুম্নমক অসি খুল অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা হান্না তৌকম খোক্লবা খৌদাং ঙাক্তনি— ।

বসন্ত :—অত্থগা সরকারনা হৌজিক অহল-লম্মন কাওবা লাই-
রিক তম্নবা থৌরাং তৌরে—অত্থনা ..... ।

যাদব :—মত্থগীদি ডাক্তরবাবু ঐখোইগী ওঝা ইবেম্মদা থুড়াখোইস্মু
লাইরিক তম্বা হায়না লেপ্নরে — ।

কোইরেঙ :— ইবেম্মা শান্তিনা রাক্সম অত্থদি ঐখোইদা তাক-
পিরে— । ( রাধেনা ষ:ঙ্গাম চক্ষু অম পাইত্থনা চংলকই )

বসন্ত :—য়াম্না মুঙাইজরে— । অত্থগা রা অমগা ঐনা লয়েংবা
মতমদা অমদি মুমিৎ থুদিংগী অয়ুক্তা মুংথিলদা হিদাক
পিব' মতমদা মহৈ তম্বা ওইনা ঐগী ইতেং পাংবা ওইনা
মশানা পাম্না চোংথোকপিরক্কদবা লৈরবদি মী অনি ৩দি
পামজ্জে— ।

শান্তি :—অয়ুক্কী অঙাংশিংগী লাইরিক তম্বীবা লোইরগা মুংথিলগী
মতমদা ঐ অম লৈজরে— ।

বসন্ত :—য়াম্না মুঙাইজরে— । অনাববু মতৌ করম্না লোইন-
গদগে— করম্না সেবা-মুঙবা তৌগদগে হায়বা থঙজিনবা
অসিস্মু নিপা-মূপী থুদিঙমক্তা য়ুম পানবদস্ম য়াম্না কানবা
মচাক অমনি ; চাওরকপা লায়না থরগী হীদাক লাঙথক্তি
ইশানা কঙনা অত্থম পিবীরকপস্মু ঙমগনি ।

শান্তি :—রাধে নংদি— ?

রাধে :—ওঝা য়াওরবদি ঐস্মু......... ।

শান্তি :—রাধেস্ম য়ারে ডাক্তর বাবু— ।

বসন্ত :—য়াম্না — য়াম্না—মুংঙাইজরে — । থজিক্তদা ভাব তানরবা

খুড়্যাখোয়ৃদ্রি ইচল ইচেশিং লৈবা খুল অসিনবু পুকচেলবু মান্নরবদি করিগী মিমাং থান চাওখৎতবা ওইরোই —।

শান্তি ঃ—রাধে, মঙোম্ অন্থু মৈথক্তা শাহল্লুরো— । অত্তগা নিঙথিব, গ্রাসতা হাপ্পরুউ— । চৎলো— ।

রাধে ঃ—ওঝা— । ( চংখিবা )

কোইরেঙ ঃ—অত্তুদি যাদব, স্নাজাও নখোয়না খুলগী মী পুন্নমক অসি পুন্ননবা মতম অমা লেপ্তুনা পাও চেনবা হৌরো— অত্তগা ঐদি ডাক্তর বাবুগী হাননবা জুগোৎচাবা ঙা অমত্তং ।

বসন্ত ঃ—ঐগীদমক্তা ওইরবদি তৌবীরুগন্থু খুড়া— । ঐ ঙা চাগে হায়ত্তনা লাকচবা নত্তে—সরকারনা খুল অসিগী অনা অয়েক য়েংঙচো হায়ত্তনা থারকপনি । ঐনা ঙা চানিঙলবন্থ ঐগী ইরম্নাই শেলনা লৈত্তনা চাক্ষগনি— ।

কোইরেঙ ঃ—নত্তে নত্তে মদোমদা খনবীগন্থু । খুড়ানা মুঙাইজত্তনা ঙসিতদি ঐগীসিদা চাক চরা অমত্তদি চাহনজনিঙত্তনা তৌবনি—। চৎলো যাদব— ।

যাদব ঃ– অদো ঐখোয়না পাও চেল্লুবদা— ।

কোইরেঙ ঃ– ঐগী রা নখোয়না পাও ওইনা চেনবদি য়াংদনা - ?

যাদব ঃ—হোয, তাদনা হায়রকপনি হায়না পাও চেল্লবদি শোয়দনা মী পূন্নমক্তা য়াবীরক্কনি— । ( মতম অসিদা তোলমু, মেড়া, পাকচাও চঙলকই ; মেড়া মুগী নেশা থর পক্লে মথুত্তা থাংজো অমা পায়—মেড়াগা পাকচাওগদি লবুক্তগী লাকপা ওইনা তোই ; তোলমু রা ঙাংনা ঙাংন চঙডকই )

তোলমু :—মেড়', খুড়ানা হায়বা ইল্লু। হৌজিক তাদ কোইরেঙনা রায়েল্লগা কনানা অচুম্বনো কনানা অরানবনো হায়বদা খঙগদবা লৈরে—। (হান্না লৈরম্বা পুম্নমক ইঙক ঙকনা য়েংছ্না লৈবা)

মেড়া :—মমাই অপাকপা অসিদা থাংজৌ অসিনা অমুক্তং য়ানবদা লোংনা তাগদবা মাইপাক মানস্লু......... ।

মাইপাক :—করিএ—মেড়া, খুপাকনা নাঙ্গমদা অমুক্তং থাবদ মে মে খোঙগদবা মেড়া নংনস্ল— ।

মেড়া : -শে-রা— ।

কোইরেঙ :—হায় হায় তুম্মীন লৈয়ু, তুম্মীন লৈয়ু—মীগী মমাংদা ইকাই ; করি তৌনরে— ?

তোলমু :—তাদ অস্লম তৌবনি ঐনা লম্বীদা অস্লম লাকপদা মখোয় অনি অসি ঙংখৎনরম্মী চুন্না ঙংখৎনরম্বা নত্তে ঐনা লাক্লমদ্রবদি মখোয় অনি অসি শোয়দনা থুং থোক্লরম্লগদবনি— ।

কোইরেঙ :—মখোয় অনি শাওনরে অমগা অমগা হুঙাইনদ্রে হায়ববুদি নখোয়গী মাঙ উবদা ঙসাইনা খঙলে— । করি মরমগী খৎনরিবনো ?

মাইপাক :—অস্লম তৌবনি ইপল, ঐনা ঐগী লৌবুক্তা লৌহে,ল ফোক্তুনা লৈরিঙৈদা মেড়া মহাক্না তুংদ লেপ্লগা হুই যেন লাওবগুম্না হায় হুরানবা, করিগী লম হুরাল্লি হেক্তা হায় ; অতুদা ঐনা মাগী করি লম হুরাল্লবগে নংনা অতুক

শাওরিববু হায়রুনা থুম্মী —অহুদগী মানা ঐগী খুদাং তাপ পায়রগা চিঙশিল্লগা মাগা ঐগাগী লোগী কারক্তা লৈরিবা লোরি অকায়বা অমদা খুদোনবী থিন্দুনা মসিবু নংনা হুরানগদবগী লোরি থুগায়রিবা নংত্রা হায়না ঐঙোন্দা অরানবা শিগদবগী হোংনৈ মহুদা ঐনা অমুক থুম্মী - মসি ঐনা থুগায়বা নত্তে যণ-লোক্না থুগায়রম্ব। নত্রগা ঈশিংনা পুখিবস্তু ওইরম্বা য়াই হায়না থুম্নবমক্তদা মহাক্কা নত্ত— নওবা রাহৈনা চৈ-থাওহুনা পংভাংদ ভাংঙি —।

মেড়া ঃ— ইপল, মানা তমলিবা রাশিং অহু অচুম্বা ভাক্তনি ; অহুবু লোরি অহুদি মহাক্কা থুগায়বনি ,

কোইরেঙ ঃ— মহাক্কা লোরি থুগায়বদি নং উহৌবরা—?

মেড়া ঃ—উহৌদে ; উরমলবদি ভসাইনা থাংজৌ অসি ঈনা পুমনাং ভাংভমলগনি —।

কোইরেঙ ঃ—নং নমিৎমক্কা উহৌত্রবনিনা. লোরি অহুদি নংগীস্তু লোরিনি—মাগীস্তু লোরিনি —। অকায়বা মফম অহু নখোয় অনিগী মরক্তা অমনা কোক মেনশিল্লগা লোইরে। মহুগীদমক্তা খুৎ খোক্রুহুনা খৎন-চৈনরগা করি কানগনি —।

মেড়া ঃ—মচিল খিবা মীদি চৈনা রারকতবা য়াদেনে ইপল —।

মাইপাক ঃ—অসিনিদো ইপল, অয়ুক্তা য়ু খর থকচিল্লগা অসিগুম্বা তাবদা খঙবা রারবা রাভাং শাভা মক্তনা ভসাই লোবুক্তগী হৌনা ভাংলক্লবনি ; নেশা চাবা মীগ। মাম্লরুদনা করি কাম্লগদগে হায়হুনা ঐ তুম্মীননা লাকচবনি — !

মেড়া :—ঐনা নেশা চরগা য়ু থক্লগা নঙোন্দা করি তৌরে— ? হা— ?

মাইপাক :—তৌরিবঙনি — ।

মেড়া :—নখোয়গী পাজিগী মরলনা চাবরা— ?

মাইপাক :—মেড়া, রাগী রাগী চুমনা ঙাংঙু, অহল লমন পন্দুনা রা ঙাংগনু— ।

মেড়া :—পল্লে, নং কৈদৌগেইগে— । পাজি— ! পাজি— ! পাজি— !

কোইরেঙ :—( য়াম্না শাওনা ) মেড়া, ঐখোয় অমা লৈরি হায়বসু করিমত্তা থন্দনা য়ু থর থকচিল্লগা য়াচল য়াওদবা শাগোলগুম পঙলাও লাওরবদি নংনা ফনা চুমলবসু নং অরানবা মী তারক্কনি— । রা-গী রা-গী অরায় অথুম অঙম ঙাংনৌ— কনানা চুথা কনানা লানবা হায়বঙ ঐনা রায়েনগনি— । করিগী নো নংনা য়ু থর থকচিল্লগা পংঙাং ঙাংলিববু— ?

মাইপাক :—ঐ রা থরগা তমজখিগে— ! ঐ ঙসিদি খুড়া তোলমু বুসু থরায় থর হুঙাইতে— ।

তোলমু :— এ — এ, —ঐবুদি করিগী থরায় হুঙাইবিত্রিবা— ? ঐবুদি পকপীরক্কনু— ।

মাইপাক :—মেড়া মহাক্কা ঐঙোন্দা করিসু হেনজিনবা য়াদঙনা লৈরিঙৈদা খুড়া লাকপাদগী খুড়াগা মাগা রা অমা অনি চিবোন চিবোন তৌনরগা—ঐগী অফোয়বা লোহোলকাহু নোইহৎপা মাঙহনবা নৎত্রা— ?

তোলমু ঃ—ইমায়-পেম্মা, ইমায়-পেম্মা, অঙাং অসিদি অহল লাইনা হাৎলেদা—। ঐদি চুন্নগী মেড়ানা শাওবহু করি তৌরবগে কায়হনা হঙবনি—।

মাইপাক ঃ—তৌনু খুড়া, অহল-থংদা মীনম্বা ঙাংলগা করি কানগনি ; মাগী মীচঙদা লৈগনি হায়বগী মওঙদা মেড়াদগী লুপা অমা লৌহ্নবা ফীজিদা য়েপশিন্‌থিবহু ঐ করিগী উদনি—।

তোলমু ঃ—কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! মী লায়না হাৎলেদা—। ঙসি অযুক অনাবা অমগী চাবান থারুবগী দক্ষিনা লুপা ১৩ং ফঙজরকপসিন্ন—( ফীজিদগী লুপা লৌথোক্লগা ) লুপ অসিদি চবান থাবদা ফঙজরকপনে—। নমান্নবা মশেল থংনচৈনবদদি নথৌনাদি লৈত্রগা ঐনা মীচক চঙবদা তাংললিবরা— ?

মেড়া ঃ—মানে—মানে—খুড়া, মী-কিথিগী হৌনবীনি—। ঙসাই খুড়া লাক্লমদ্রবদবু ঐগী থাংজো অসিগী ময়াদা মঙক কেল্লম্মোইদরাও— ?

কোইরেঙ ঃ—ঙাইখো ঙাইখো তুম্মীন লৈরো ; ঐগী রা অমুক তারো—। নখোয়গী রাফম অসি ঙসিগী লৌরি কায়রমবগী রানদি ওইবা যাদে—। নখোয় অনি অসি মুঙাইনদবা মলোম অমা লৈনবরা— ?

মেড়া ঃ—করিমতা লৈতে—।

মাইপাক ঃ— লৈতে ; মহাক ঐহাক হুমিৎ খুদিঙগী মুংশিনা

চান্নবা পুরক্ গূরকপা চামীন্নত্তুনা লৌ শুমীন্নরিবনি—অত্তবু মানা ওসি য়ু থক্লকপানা ঐবু য়েক্লবা অমা ওইনা লৌখরে।

বসন্ত:—ঐখোয় খুড়া কোইরেঙনসু রায়েনবীরি— অত্তবু মতাং অসুরাইদা নোংনা চসিদ, লাকচবা ঐনা রা অমা অনিদং মরূপ আন অসিদা হায়জগে হায়ববু............।

কোইরেঙ: হায়বীয়ু—হায়বীয়ু –।

বসন্ত:—চখো নংত্তনা চখো শাবদি তারগদ্রা—অত্তবু ঐস্ত ওসিদগী ক্নৌরত্তনা খুল অসিগী প্রজা অম ওংনা লৈজগদৌরবনি । ঐনা চ য়ক্ববা খরসিদা ময়াম্না বারৌবীবা অমসুং শাওবীবস্ত তৌবীগনু; লানবা য়াওরে লাক্লে হায়না হেক্তা তাকপীয়ু – ।

তোলমু:— কনানো চবুঙো বাবু অসিবু ?

কোইরেঙ:—অনা অথেক্কী মরমদা য়েংশিনবিনবা হায়ত্তনা খুল অসিগীদমক্তা সরকারনা থাবীরকপা ডক্তরনি—।

তোলমু: - ডাক্তর! অনাবা লাংবা— ! (থরায় শুঙাইতবা)

কোইরেঙ: হায়বীরো ডাক্তর বাবু ।

বসন্ত:—ইচিল ইনাওগুম্না য়ুম লেংজত্তনা লাকপা ঐখোয়না শুংশিনদ্রবদা অনিমক্কী ময়েং তাবনি; লম অত্তদা লৈরিবা মীশিং অত্তনা মোট তিন্নদ্রবা—শুংশিনদ্রবদা অমনা হায়বদা অমনা তানদ্রবদা— লম অদে লৈদৌন্নুংদসু চাওখৎপা য়ারোই—। অমনা অফবা থবক অমত্তুং তৌরকপদা, থম্মোয় শুংশিনদবা মী অমনা, অমত্তন তৌরিবা থবক অত্ত

কৈ হায়বা থওনা থওনা মখোয় মশেল মুংশিনদবদগী থবক্তা অপনবা পীরক্ট—। ঐখোয় ঐখোয়না লৈবা ইরম অত্থু চাওখৎনব শেমগৎ শাগৎশি হায়রবদি মী থুদিঙমক ইমা অমত্তগী গর্ভদগী তামীম্ররকপা ইচিল ইনাওগুম্না, থম্মোয় মুংশিননা পুকচেল অমত্তা ওইনা লৈমীম্নগদবনি United we stand Devided we fall হায়বা রা লে—। হায়-বদি ঐখোয় পুন্নমক অসি অমত্তা ওইরবদি লেপ্পা ঙম্মী—, মচোয় মচোয় তানরবদি তুগনি হায়বনি।

কোইরেঙ:—ইবুঙো ডাক্তর বাবুনা হায়রিবা রা অসি নখোয় পুন্নমক পুক্নিং চংনা তাশিল্লু —।

বসন্ত:—অতুগা নেশা চাব য়ু থকপা হায়বসিনা কদাই ফাওবা মাঙবগে হায়বদা—'য়ু থকপা হায়বসে ইশাগী ঈ থকপনি' হায়না চাচা নেহেরুজীনা হায়খি—। য়ু থকপনা পুন্সি তেলহল্লি—। অফ-ফত্ত রাগল তাহওননহল্লি—। মাগী নেশানা কুপথুরবদা অহল লমন মুংশিবা মরূপ-মপাং—পুন্নমকপু মাগী য়েক্নবা ওইনা মিৎতা উরকই—। মাগী ফননবা হায়বদো ফৎতবা ওইনা লৌথনা লমন থুম্নবা হোংলৈ—। য়ু থকপা হায়বসিনা ইশাদা মাংজবা নংতনা হয়েং ইচা ইশু ফাওবা য়ু থকপা নেশা চাবগী মচা হায়না মীনা হন্থবা মিৎয়ে না য়েংঙি—।

যাদব:—চুম্মী—য়ানিংঙি—।

বসন্ত—অতুনা তুংদা হৌরকপা অঙাং, ইচা ইশুবু ফহনগে হায়রবদি

ঐখোয় মপি-মপা ওইরিবা অহল ঐখোয় অসি অফবা মী অমা ওইনবা হোৎনবা তাই ; হায়নরি - মপাগী মচা উগী মহৈ হায়না—মসে য়াম্না চুমথ্রবা রানি—। ঐখোয় য়ুমগী অহল-লমনবা তৌবা থবক, চৎপা শাক্সৎ অদো, য়ুম অচুগী অঙাংনা খর খরদা ওইরবস্থ শোয়দনা মতৌ তমগদবনি। অচুনা অঙাং ফননবা অহল ফবা তাই—।

যাদব ঃ—ননা—ননাদো মুন্না তাও—।

বসন্ত ঃ—মী অমদা থাং তেননা থাক্তরবদি তুংদা মচুগী করি দণ্ডি ফঙগদগে হায়বা থন্থবা লৈতনা মেড়া বাবুনা মাইপাক বাবুদা থাংজোনা য়ানগে খোৎকে হায়বা ঙমলিবচু য়ুগী নেশানা থন্থবগী পাঙ্গল মাংহনখিবনা রা অদো ইলায় লায়না হায়বা ঙমলিবনি। য়ুগী নেশা হায়বসি অশুক্কী মতিক ফৎতে য়ুগী নেশানা মীবু শা ওলহল্লি—। অচুনা ময়াম পুম্নমক য়ু হায়বসি খাদোকপিগদবনি ; অচুনা ময়াম্না হৌজিক তৌবীগদবদি থুল অসিগী করম্বা লৈকাইদা করম্ব য়ুমদা য়ু য়োল্লিবা য়ু শু'লিবা হায়বসি থিচুনা মুথৎ-নবা হোৎনবীগদবনি—।

স্নাজাও ঃ—অচুদা ডাক্তর বাবু, মসিদা হায়বা ইন্দবা কাংবু অদুদি কমদৌবা—?

বসন্ত ঃ—হায়বা হন্নবা ঐখোয়না চামরক হন্না হায়জগনি—। মচুদা হায়বা ইন্দবা হু পাম্বীগী মশক ওইরবা মী অচুদি থুল অসিগী সমাজগী মাঙননবগী মশক্নি—। অচুনা

মহাকপু খুলগী মীয়াম্না ফা-পুন্দুনা সহরগী থানাদা লান-থোক্কদবনি—। ঐনা হায়জরিবা রাক্কম পুন্নমক অসিগী তৌগদৌরিবা মিটিন্ অসিদা রারেপ তাহৌনবা হোৎনগদবনি ; অতনা মেড়া বাবু, ঐনা খুৎ লোন্নতুনা হায়জরি মতুং অসিদদি অসিগুম্বা নেশ' চাবা অসি থাদোকপিরো। খুলগী শেমগৎ শাগৎপাদা মযাম পুন্নমক অমত্তা ওইতুনা পুক্নিং চংবীয়ু—।

মেড়া ঃ -( তৌলমুদা ) খুড় চৎলশি—।

তৌলমু ঃ—চৎশি—। ( মেড়াগা তৌলমুগানা বসন্তদা শাগুনা য়েংলম্নগা থোকথিবা )

বসন্ত ঃ -খুডা, খুল অসিগী শেমগৎ-শাগৎপা মায়োকতা লেপ্তুনা, অপনবা পীতুনা নৈথায়বক্কদবা লাকপদা বাগদবা ... ওবা শমু লমশা অনিদি অসি ঐগী মিৎনা উবা ফলে- ।

কোইরেং ঃ -ডাক্তর বাবু, মাউতনা ফরবদা অঙাওবা শামু লমশা-শি- অদো কয়া কুইনা তেৎনা লৈবা ওমগনি ... জনদা লাকপীয়ু, মরাইনা তেজগনি—।

মাইপাক ঃ—করিমত্তা চিংনবীরুসন্থু ; খুলগী শেমগৎ শাগৎপদা অপনবা পিরসদবা মীশকশিং অতু মিৎনকুপ্পদা মর-মরং পুন্নমক খুদেবচগে চৈগী মমাংদা কয়া কুইনা ওবা ওমগনি ; খুলগী মীয়াম পুন্নমক ঐখোন্দা রাং মন্তুদি পীবীয়ু—। ( মতম অসিদা রাধেনা সঙ্গোম গ্লাস পায়তুনা ইমুংদগী থোরকই )

কোইরেঙ :—অদুদি ঐখোয় ময়াম চৎলশি —থরনা শোরোক অচৌবা তাম চৎলগা তুকালদা হীদাক লাওথক লৈহৌই হায়বছু লৌশিল্লরশি—অদুগা যাদম ঐখোয়নিনা থবকশিং অসি য়াম্না থুনা পায়থৎনবা মিটিন অমা ফম্নবা খুলগী য়ুমথোং খুদিঙ চৎতুনা হায়রুরশি— !

যাদব :—কমি—তাব ।

কোইরেঙ :—অদুদি ঐখোয় চৎলশি— । ইবেম্মা শান্তি, ডাক্তর বাবুগী চাক ঈশিং তোৎনরুরো—অদুগা ইনশাংদি খুড়া লাকখিগে - ওহাক ভাইরমগে— । চৎশি— । (কোই- রেঙনা মাং থাত্না যাদব—মাজাও—পাকচাও থোকখিবা)

শান্তি :—রাধে, যঙ্গোম অদু ডাক্তর বাবুদা পীরুরোদনা— । ( রাধেনা যঙ্গোম পাইতুন চঙশিল্লকপা )

বসন্ত :—করি যঙ্গোমনো— ?

রাধে : - ইরোইগী যঙ্গোমনি— । জুগোৎচাবা নত্তেদা— ।

বসন্ত :—বা ! ইরোইগী যঙ্গোমবু করিগী জুগোৎ চাদবা হায়রি- বনো— । আমৃতনে হায়ও— ! ( রাধেনা নোকচবা )

রাধে : - শে— ; ( বসন্তদা যঙ্গোম পিবা—বসন্তনা লৌবা )

বসন্ত :—থক্লগেদো— !

শান্তি :—ফাল্লো— । (বসন্তনা হাওনা থকপা , ময়াম য়েংন্দুনা নোকপা ) ফানবা য়াত্রবরাও— ?

বসন্ত :—বা ! হাওখ্রেদা— । কনাদগীনো— ?

রাধে : - ঐখোয়দগীনে - ।

বসন্ত :—অঙ্গনিদনা হাওবগী মথক্তা অমুক্তা থুম্মীবসিদি ; ভসাই লম্বীদা রামজ্যেঙনা চয়োই ষজোগনি হায়ঙনা খরা থকলকএ—মঙদি হাওকম লাককম করিমত্তা খঙহৌদরে। ইবেম্মাখোয়দগীনি হায়গুনা ইবেম্মানা পীথকপিবা ষঙ্গোম-সিদি ষঙ্গোম মপু তাংতাওবা খঙজবনে, ঐনাগা থকৃনিংনা থকপনে—খোয়দৌ অসি হেক তাইদ্দা—। (রাধেদা মীৎচীনা য়েংলগা মখুৎন। মপুক্তা নানজবা ; রাধেগা শান্তিগা য়েংনহুনা নোকপা)

জামিনী :—ষঙ্গোমবুদি মুংতিগী পীথকনিএ—।

বসন্ত :—পাকানিনে জামিনী—। (ময়াম নোকপা)

লাইট অফ

## অনিশুবা উৎপা

য়ুম (ভোলমুগী)

মফম :—মাঙ্গোল মতম :—মুমিদাংবাই

(মেড়া মপালরোমদগী চঙকই)

মেড়া :—খুড়া ! হো, খুড়া নৈবরাও—? করিনোনে—। (থোংজিন ময়া ফাওবা চঙশিন্দুনা য়েংলুরগা) খুড়া ! —কনামত্তা নৈতমাল্লেনে—। (রাধে মপালরোমদগী চঙলকই)

রাধে : - তা মেড়া, করি থবক্তী ল্যাকপিরমলিবনো— ?

মেড়া :—ও ! রাধে, ঐ নংবু ঙাইরমলিবনি – ।

রাধে :—করিগীনো – ?

মেড়া : - ন গা রা থরা ঙাংনিংঙি— ।

রাধে : – হ য়য় করি রানো— ?

মেড়া :—নংন তৌরিবা মতৌ অসি করি কৌবগে— ?

রাধে :—ঐগী ঙতৌনা করি তৌরবগে— ?

মেড়া :—কনাদেদা রাধে, নরিল চুম্মু—কারল চৎকন্নুদা— ।

রাধে :—করিনোনে তা মেড়া নংনা হায়রিবহুব ? নংবু ঙসি হুমিং তাত্রিভৈনা ঙাওহুনা লাক্লবরাও – ?

মেড়া : –য়েংঙোই, রাধে—লমগী ষণনা মচি শাঙবগী রাসি তৌনগুমসি – ।

রাধে :—য়েংঙোয় তা মেড়া, অহুম্না মচেক-ময়া থাঙহুনা রা ঙাংবসে ঐদি কয়া তানিঙদে— । নংনা হায়নিঙভিশদো হেক্তা হায়দোকউ— ।

মেড়া :—নত্তে, নংনা ডাক্তর বসন্তবু অহু য়োনা পামজরিবা করিগীনে— ?

রাধে : –( নোক্নুনা ) মত্তরা - ?

মেড়া :—ঐনা হংঙিবসি খুম্মুনে – ।

রাধে : —অহুম্না মীগী মিঙচৎ থিনবা মী পক্নুন রা ঙাংবা তৌগন্নু ।

মেড়া : - মসে ঐনা হায়নিঙহুনা হায়বা নত্তে –নং নংগী শাক্লংনা হায়হনবনি— !

য়াধে :—মা ঐগী শাজৎনা সমাজদা করি অমোৎপা থে কহল্লবগে ?

মেড়া : —নংনা মতম পূম্বদা মাগী মনাক্তা লৈনিংলিবদো— ।

য়াধে :—মতুদি পুকচেল পিকপা নংগুম্বা মীতনা থনবনি ; ঐনা মাগী মনাক্তা লৈনিংবগী মরমদি মাগী মহৈ মশিঙ অমদি মতিক মগুলবু পামজত্নুনা লৈবনি ; সঙ্গনা স্বর্গ কাই হায়ত্নুনা মাগী মনাক্তা লৈরগ' মাগী মহৈ মশিন অমদি মতিক্ মগুলগী মঙাল থরদা ওইরবস্থ ইশাদা পক্‌চহৌনবা লৈরিবনি— । মতুদা করি অকাইবা লৈবগে— ?

মেড়া :—য়াম্না কাই ; মতুদি করিনো হায়বদা ঐনা শুংশিজবা পামজবা নিপা অম্বগা অতোপ্পা নিপা মহা অমগা রারি য়াতাই শাবদি লায়রদনা মিৎনা ফাওবা কন্না য়েংহন্নিঙদে — খঙলবরা— ?

য়াধে : — ( কয়েম্নবা মীনোক নোক্লগা ] হ···হ.. হ নত্নুরা— ?

মেড়া : -মানি ; ঙসিদি অশেং অশেংবা রা হায়বীগে নং - ঐ লুহোং-থো'দোংনবগী রাফমদা নংগী পাজিগা ঐথোয়গী পাজিগা ঙাংনত্নুনা লৈরিবনি ; মতু খঙনা চৎলু — ।

বাধে :—মতুদি ঐদি খঙদেবো— ।

মেড়া :—খঙতমদবা য়াই অতুবু ঙসি খঙহল্লিবসিনি— ।

য়াধে :—অতুনরা ? নংনা ঐগী ইতুং কোইন্‌ ইন্দুনা ঐবু ঙাক শেল্লিবসে — ।

মেড়া :- মানি,— মরম অতু লৈবননি — ।

য়াধে : ঐ অঙাং নত্তে,—ঐবু ঙাক-শেনবগী কানবা লৈতে ।

মেড়াঃ—অঙাং ওইরম্লবদি ঙাক শেল্লম্মোয়দবদি ; লৈশাবী ফারে—
লুহোং-খোংদোঙবগী মতম ওইরে শোয়গনি হায়দুনা ঙাক
শেল্লিবনি— ।

রাধেঃ নঙেনে, ঐগী লুহোঙ-খোঙদোঙবা—য়ুম পানবা পানদবগী
মরমদা শোয়বা শোয়দবা হায়না অদুক য়াম্না রাবিরিবা
করিগীনো—? য়ুম পানবা মতমদা কোক পানজগা
লোইরে ।

মেড়াঃ--কোক্ পানবদো অতোপ্পাদা পানগ্রবদি ঐ শোয়দ্রিবরা—
হা—? শোয়দনবা ঙাক-শেল্লিবনি— ।

রাধেঃ—কানদে ফা মেড়া - রারেম থৌরেম শুদুনা নংগী মতম
মাঙহনজবদা নংগনা মীগীসু মতম মাঙহনগনু—। চংলো
তোগদবা নথৌ তৌরু— । ( চঙগে তোবা )

মেড়াঃ—চাংখো—রাধে.—ঐনা হায়বা ইন্দুনা নংনা করিগুম্বা
ডাকর বসন্তগী মনাক্ত চংদুনা লায়েংবা তম্বানি—হীদাক
লাঙংক পীবা-খোংপা তম্বানি হায়দুনা—হেক চংলবা—
হে - সত্য, ঐদি নখোয়গী পাজিদা তাক্কনি— ।

রাধেঃ—করি মনা ফংগনি— ?

মেড়াঃ—মন হায়নবু নখোয়গী পাজিনা নংবু চৈ-থাঙদুনা রারক-
হনবদো - ঐগী মনানি—।

রাধেঃ হুন্— ।

মেড়াঃ অঞ্মা লচুংকা পৈক্কগনু — । ঐবু খঙহোইদোবোই

নিঙনরা,—লায়েংবা তম্বা চৎপদা থৌদে ঙলগা য়ুম পান্নবগী লম্বী থিরিবা নৎত্রা— ?

রাধে :—তুম্মীন লৈয়ু—। অতুগুম্বা ওইদবা পরেং লেঙহনা মীগী পুন্সি মাঙনবা শিনগন্নু—। মতুঙ-মনাও অশুম্বা ঙা- শক্লবদি......... ( মপালরোমদা মপা লাকপা উহনা রা মথা তাদনা "হুম" হায়হনা শাওনা ইমুংদা চঙথিবা মপাল- রোমদগী তোলমু চঙলকই ; )

তোলমু :—মেড়া— !

মেড়া :—খুড়া— !

তোলমু :—নং লাক্লম্বা ফরেদ—। ঙসি ইপা ইচা রা থরা তান্নবা তারি—।

মেড়া :—হায়বীয়ু করি ওইরবনে —?

তোলমু :—খুড়ানা অনা অয়েক লায়েংবা চৎপসি নোংমদা য়ামত্রবদা লুপা ৩৪ দি তারম্মী—অহুবু থা অনি অহুমসিদি নোংমদা মথায় অমা ফাওবা রানা তারে—। মসি করিদগীনো হায়হনা খুড়ানা থনবদা ঐগী কারবারদা খুৎ থিঙজিনবা অমা লাকপসিনা ওইবা তারে—।

মেড়া :–হায়বদি — ?

তোলমু :—অসিনি—মাগী বসন্ত হায়বা ডাক্তর অসি লাকৈদগী থা অনি অহুম অসি খুল অসিগী অনাবা মশিংস্থ ময়েং তাথরে—অহুদগী ঐনা য়েংজরম্বা অনাবা থরম্ব ডাক্তর,

ডাক্তর হায়দুনা মাগী মনাক্তা লোয়না চেনশিনখরে—।

মসিদা খুড়াদি হাকাম চন্দুনা খাণ্ডলে ; কমদৌশি হায়বগে — মেড়া — ?

মেড়া ঃ—মসিদ করিসু খন্ননিঙাই লৈতে ; খুড়াগী কারবারদা অপনবা ওইদুনা খুরৌ খাণ্ডলিবদু হেক লৌথোকলগা লোইরে —।

তোলমু ঃ—অদুবু মতৌ করন্ননোনে মেড়া— ?

মেড়া ঃ—খুল অসিদা লৈবা ওমদনবা শিনবা নত্রগা অচেংবা তানজা চাবা য়েংদুনা মথরায় হেক লৌথোকপা— !

তোলমু ঃ—খণ্ডদে—খণ্ডদে—মেড়া—নংনা ফনবা শিল্লু—। খবক অসি পাণ্ডথোক্লবা হোৎনবদা চঙগদবা খরচকীদমক্তা ঐ লৈরি ; নং অসে কনা নত্তে হায়দুনা তাগ্নরিবনি ; ফর ফৎত্রবসু নং অসি ঐগী ইমাক ওইগদৌরিবনি , ঐগী ময়েং তাব, ঐনা মায় খুবদি নংগীসু মায় খুবনি , মদু খংনা হোৎনৌ — ।

মেড়া ঃ—অচুম্বনি ; অদুগা রা অমগানা......... ।

তোলমু ঃ—করি রানো—?

মেড়া ঃ—মখোয়গী ডাক্তর বসন্তগা ওঝা শান্তিগনা লুচিংদুনা খুড়া কোইরেঙখোয় খুড়া যাদবখোয়নচিংবা খুলগী মী পুন্নমক্তা শেমলিবা খোল্লিবা লৈরক খুল্লক অসি য়েংবা সরকারগী মী লাক্কনি হায় — । কমদৌসি হায়বগে— ?

তোলমু ঃ—কমদৌবা হায়রবু হোরেল মুংদাং অথেংবদা মী খরা

মেড়া ঃ—করি তৌরবগে—?

তোলমু ঃ—মাগী লম্বী-থোং শেম্বা—স্কুল চাওখৎননবনি হায়রুনা তৌরিবসিদি থোক্নবু খল্লুদে—ঐগী থম্মোয় শোকখ্রবা থবক অমা মানা তৌরেনে।

মেড়া ঃ—করি থবক—?

তোলমু ঃ খুল অসিগী লৈকায় খুদিংমক্কী ওইন থক্ক-চানবা ঈশিং লৌননবা পুখ্রী অচৌবা অমমম তৌনি হায়রুনা মাখোয়গী মিটিন অমদা লেপ্পখিমাল্লে— অদুন ঐখোয়গী লৈকায়গী ওইনা তৌরিবা পুখ্রী মফম অসি ঐনা লৌ নিনজগে হায়রুনা থম্মানি অডুবু খুলনা য়াবা ঐনি,—ময়ামগী সংগাজগী থবকপু কনানা করি তৌরগনি হায়রুনা পুখ্রী অসি তৌগ্রীগনি—। অদুন মাগী মফমদসু অমুক্তং লমন খুমদবা য়াদে—।

মেড়া ঃ—খুমগদবমক্কি—?

তোলমু ঃ-ঐনা নোক্‌চনি ডিববু—থবক শুনিংদবা মীশিং অসিনা লাইরিক তম্লিবনি হায়রুনা লাইরিককাসু তম্বা শারিএ—। থবক শুনিংদবা, অডুনগা—খুংঙাক্পবা পাম্বা পাগং অমগা লৈশাবী অমগা খুল অসিদা লৈবসিদা খুলগী—। পুন্নমক মথুম-মরাং হৌখরে—।

মেড়া ঃ—অসুম য়েংদ য়েনীয়ু খুড়া মনাৎ নংতনা যঙ্গোম চানিংবা অাতুনা মখোয় পুন্নমক অসি মমা থৌরানি উগদবা খজিক্তা ঙায়রে—। মতমতুদা খুড়া ইপা ইচানা খুবাক খুত্তুনা

নোক্কদবনি—। অদুদি খুড়া ঐসু চংলগে— হোরেল লুংদাঙগী থবক অসি পাঙথোক্লবা লুপা ৫ দ' পীরো—। মী থিরুরগে—পে'ং-চৈ লাঙলুরগে—।

তোলমু ঃ—লুপা ৫ মক চঙলগদরনে— ?

মেড়া ঃ - পোৎনদি হিঙমুক তাঙখরে - । মপুক থন্না পীথকতুনা নেশাদ তাওহনজ্রবদি থবক শীজিন্নবা য়ারোইনে খুড়া—।

তোলমু ঃ—( ফুরিংখাওদগী লুপা লৌথোক্লগা ) শে - শে - ( লুপা পীবা ) থবকতি শোয়হনগদুকো।

মেড়া ঃ—অদুগা মখোয়গী লুন-নান্ন থমলিবা পুঞ্জী অদুসু ফংত হৌদি পিক্ থন্না থাদরম্মু—।

মেড়া ঃ - চিঙনবীগন্ন— । চংচরগে— ।

তোলমু ঃ—চংলো—। ( মেড়া চংকে তৌরুরগা )

মেড়া ঃ—খুড়া,—য়াম্না লুবা অমদি ঐ হায়রমগদবা কাওরে—।

তোলমু ঃ—করি হ্না'নো - ?

মেড়া ঃ - খুড়াগী য়েরুব কারবারগী লম্বীদা অপনবা ওইরিবা ডাক্তর বসন্তগী মতেঙ পীদুনা খুড়াগী থুরকী ঈন ফাওবা লাই শারবনি— ।

তোলমু ঃ - করি হায়বা—।

মেড়া ঃ নচা মুপী রাধে ফাওবা লায়েংবা তম্বা চংলিবনি হায়দুনা নু'তিগী ডাক্তর বসন্তগী মনাক্তা চংলিবনি ; মদুদি তৌহন-বীগন্ন—কন্না রারকপিয়ু—। ( চংখিবা )

তোলমু ঃ - অচ্চা-চা, - মহাক য়াওনা মপা ঐগী মাঙননবা শিল্লিবা।

রাধে ! হায়, রাধে ! নংবু তারিবরা— ? (রাধে থোরকপা)
হায়, নংবু তারিবরনেই— ?

রাধে :—করি হায়গে পাজি — ?

তোলমু :—( শাওনা করি হায়গে পাজি,—হায়বা শারিএ। নংগী মরমদা মেড়ানা তম্মম্লিবা রাসি অচুম্বরা— ?

রাধে : - মানা করি তম্মখগে — !

তোলমু : - ন'না ডাক্তর বসন্তগী মনাক্তা চংলগা অনাব লায়েংবা তম্বা চংলি হায়বসি চুম্বরা—?

রাধে : -অচুম্বানি পাজি— ।

তোলমু : - ( শাওনা ) অচুম্বানি হায়দুনা কয়াদা খৌনা মপা ঐগী মাওমক্তদা খুমলিনেসে — ।

রাধে : —অচুম্বা ওা'বগীদমক্তদি পাজিদি থম্মু থমখো—ঈশ্বর ফাওববু কিরোইদনি ।

তোলমু :—বা ! তেনর মরোল শেঙনা থোকলেদা — । মখোয় ডাক্তরগা ওঝা.গনা তোরিবাসবু ঐগী ইমুং-মচু' ফাওবা মথক মখা ওন্দুনা চপ চানা শেম্মীরেনে — ।

রাধে :—মতুদা পাজিনা শাওরিবা করিগী নো— ? শাওবগী মতুক্র ঐখোয়গী ইমুং-মচুং ফাওবগী অমম্বা কোক্হনবীৎমা লৌ-শিংগী থা'মৈ থানবীরিবা মখোয়বু থাগৎপীযু— ।

তোলমু :—করি এ,—মুপী মচা, ন না হায়ববু — । ন'ত্তু, ইপানা মাইশা শাত্তনা নখোয়বু ঈ ১তুদগী চাওননবা য়োকললক্লিবনি । হৌজিক ডাক্তর মহাক লাক্লৈদগী থা ২ | ৩ অসি শেল

মনা অমত্তা থোকত্রে—লায়েংনিংভায় অনাবস্নু লৈরক্তরে।
থিবোঙ চরা হেনগদৌরে—। নং ঐগী খিবোঙ করুনবগী
মশক ওইরবা ডাক্তর মাবু থাগৎপা—! অয়ুক্তি হায়থবে—
অনিরক হন্না হায়গনু—।

রাধে :—পাজি রাখল অত্ত লান্লে—ঐখোয় ইশা—ইশাগী ওইজবা
কানবা মাংবি হায়তুনা সমাজগী ওইনা কানবা থবক খুঙ্গংগী
চাওখৎনবগী মচাকপু ঐখে যন মুখৎনবা হোৎনবা হৌনদে।
ঐখোয় অমনা চরা হেন্দুনা শিবা ত ববসু সমাজগী অমদি
খুঙ্গংগী কানবা থবকতি ঐখোযন ভমলিবা মথৈ মতেঙ
পীরমগদ-নি—। ডাক্তব লাকপাদগী পাভিনা মাইনা
শাঙ্গনা শেল ফঙত্রে হায়তুনা ডাক্তর অসি তাম্নোল্লগা হাপ্তা
খুদিঙগী—থা খুদিঙগী নী পোৎলোযবগী মৈথুনা থুল অসি
পুন্মম্ মমতুনা লৈহল্লশিবা ? শেল পাম্বাদগী মতুগী
দমা অত্ত ঐখোযগী তমু দদি থোক্ হেত্রবরা—?

তোলমু :—তুম্মীন লৈয়ু—।

রাধে :—থন্দুনা যেংবীয়ু পাজি হাপতা খুদিঙগী মশিবা অনবগী
অরা তেঙগা থোলনা যুমথোং খুদিঙদা পুমনিন্ নিল্লম্বাঙ্গ
হৌজিক্তি হরাও তযাম নোক-খেবগী খোনজেলনা মতুৎ
শিনথরে মোঙফমগা চপ মান্নরম্নব খুঙ্গং অসি, নিংথি-
ঙবা হেপাল লেপালনা পিক থল্লবা, বসন্ত ঋতুন মতম
পুঙদা থৌগননা ফজরবা হৈকোল লৈকোলগা চপ মান্নরে।
মতম রগী মতু দদি হরা গাড়ী চেল্লগনি—নীজুলি থাংমৈ

থাল্লগনি—টোটিগী ঈশিং থক্লগনি— নরকপু স্বর্গ ওলহনগে হোৎনবদা পাজিনা নিঙদোল পোমলিবা করিগীনো— ? মতুগুম্বা নিঙদোল পোম্বাগী রাখলদো ভসিদগী থাদোক-পীগ্রো

তোলমু ঃ—ওঝা ফরবনিনা ছাত্রস্ত ফবা হৌদ্রৈ—। অতুগা হায়বীগে তাজো—নংনা ভাং শক্লিন্দো নপা ঐনা লৌগদবা লৈতে। ঐগী মায়য়োক্পা লেপ্লুনা নপা ঐগী মাচননবা শীনজগন্থু—। ঐনা হায়বা হিক্তোকতুনা ডাক্তরগী মনাক্তা হেক চৎলবা নপা ঐগী লিঙজেলদি নং খঙভিদন —? মহু শঙনা চৎলু ।

রাধে ঃ—খঙভি,—পাজিগী লিঙজেল চপ চানা খঙভি—। নচা ঐনা ওমলে,—পাজিগী থুজেঙ পায়দুনা পাজিবু নচা ঐনা স্বর্গগী লম্বীদা লমজিঙজগনি—ওমদবা থোকলে,—ইপাপ-কীনি—নরককী কোমদা তাগুনা, পাজিগী পুন্সি চুপ্পা—শিবা ভায়দুনা লৈবা তাই—। ( চঙখিবা )

তোলমু ঃ—য়েংঙ্নেশে মপানি হায়বগী মানা ঐবু করিমত্তা কীদবনিনেশে — ( শাওনা চঙখিবা )

## লাইট ওফ

---

## অহুমশুবা উৎপা

লমহাং

মফম :— লম্বী　　　　　　　　মতম :— অয়ুক

( বসন্ত —শাস্তিনা লুচিংহনা পাকচাও—স্নাজাও—কোইরেও যাদব পোল্যাঙ পায়হনা লৈপাক হোল্লি—পোলাও অমনা অমদগী মথঙ মথঙ লান্নরি )

ঈশৈ ( ময়ামগী )

মাঙদ উরে লাপত্রে—নক্লে
চাওখৎপগী লম্বী অসে
খুজেঙ খুজেঙ পায়নহনা
য়োনবা চৎসি ঐখোয় পুম্বা।
নোমশি শুসি তমগন্নুশি
শিনবু পাঙবা তান্নরশি
নোমলি শুরিবা পুম্নমক
শেমজননি ঐখোয়গী থুঙং।
থুঙং শেম্বা ঙমলবদি
মীরক তিনবা ফঙলগনি।
ইরৈপাক্কী খোদাঙ পাঙথোকপদা
শরুক য়াব ফঙলগনি—।

( ঈশৈ শরু শরু লৈপাক হোল্লিদৈঙদা কোইরেঙনা য়ারহনা পোলাঙ অহু থম্বা—মহুদা বসন্তনা চঙশিল্লক্কুনা পোলাঙ অহু পায়গে

তৌবদা কোইরেঙনা নোক্নুনা "য়ানি য়ানি ঐ তৌগে" হায়বগী মওঙদা মায়থোংনা উৎপা ; শান্তিনা লৈপাক পোলাঙ থাঙগৎপদা রাবা মতৌ উবদা বসন্তনা চঙশিক্নুনা পোলাঙ অদু লৌরগা থংনবা মীদা পীরম্বা—শান্তিনা নোকচবা ; অদুম্না ময়াম পুম্নমক ঈশৈ শক্ক শক্ক থবক ঙুনা ঙুনা চৎখরে—। বসন্তগা শান্তিগা য়েংচনা লৈহৌই ; মতম অসিদা রাধেনা অচাপোৎ ময়োম মচা অমা পায়দুনা চঙলকই )

রাধে :—ওঝা—।

শান্তি :—অদুরা ইবেম্মা, ঙসিদি থর ওম্নশি হায়রগা—।

রাধে :—ওঝা, লাকনিংবদি করি হায়গনি—অহি দগী হৌগৎতুনা
চৎনিঙলবনি—অদদা........।

শান্তি :—খঙডে—খঙডে—নখোয়গী পাজ্জগী রানিনে—।

রাধে :—মানে ওঝা—। পাজি চৎখোকখিবগা লাক্লিবসিনি।

বসন্ত :—শান্তি, রাধেনা ঙসি খেঙকপাগী করিনো অচাপোৎ অমা
মাবু কোঙহল্লুদনা—।

শান্তি :—অদুদি ময়েক্না তারবনে—। রাধে, হায়রিবসে তারেদনা ?

রাধে :—করিবো— ?

শান্তি :—নংনা ঙসি য়াহৌ খেঙলকপগী অচাপোৎ কোংবা তারে।

রাধে :—ইশানা খঙনা পুজরক্লে—। খে ওঝা—। (পোৎ ময়াম
পীবা )

শান্তি — ( নোক্নুনা ) হায়ম ঙুংাইসি নোবশি হ,যদুন থাগি

তৌরগা—। ডাক্তর বাবু, রাধেদি চাননা অচাপোৎ পুবকএ— ।

বসন্ত ঃ—চেক্‌শিন্-খোয়জিনবা মীদি মতম পুম্বদা মায় থুবা তৌনদে।

( রাধেনা বসন্তদা যেংবা )

রাধে ঃ—ওঝা শে—। ( শান্তিনা পোৎযোম লৌবা )

শান্তি ঃ— ( পোৎ মংযোম থোক্লগা ) ডাক্তর বাবু, হারোইদরা ?

বসন্ত ঃ—অসুক রাবনদবু করিগী চাদনি—। ( চৎশিল্লক্তুনা অচাপোৎ চাবা—মখোয অনিসু চাবা ) হাওখ্রেদা সত্য পোকচৈ চাদবমুক হ'ওইদা।

শান্তি ঃ—ইরেই যঙ্গোম ওচরম্লবদি হাওবগী মশক্তা থোইদো ত।বা হেল্লমগদবা । ( রাধেদা য়েংবা )

রাধে ঃ— ( ইকাইহুনা ) ওঝাসিমা—।

শান্তি ঃ কো ডাক্তর বাবু ?

বসন্ত ঃ— ( নোক্লুনা ) হোযনে হোয়নে—।

রাধে ঃ—মযাম পুম্মক আ য়োখরে—। চৎলসি ওঝা—।

বসন্ত ঃ—হোযনে—। ( মখোয় অহুম চৎকে তৌবদা তেম্বা চেল্লকই )

তেম্ব ঃ ডাক্তর বাবু— !

বসন্ত ঃ—করিনো তেম্বা— ?

তেম্ব ঃ—নহান মখৈ অহুক রানা শেম শাহুনা থোল্লকপা মথা লৈকাইগী লম্বী অহু যোৎপাকনা মতৎ মতৎ য়াম্না শাঙনা য়ানথাযরম্মে—।

বসন্ত ঃ—কনানা— ?

তেম্বা ঃ—ঙরাং হুংদাং য়ানখায়রম্বা মাল্লি ; —মীশকতি কনানা খঙলুগনি— ।

বসন্ত ঃ—জ্ঞান তাদবা করম্বা কাঙবুনা ওইরিগবা— !

তেম্বা ঃ—কদৌসি হায়বগে—?

বসন্ত ঃ—ঐখোয় খরা চৎতুনা মচু হান্না শে-জিল্লুবা তারে—নংত্রবদি সরকারগী মী লাক্লগা মচু উথ্রাদ ঐখোয়গী মরক্তা লিঙজেল মাপ্পদবা খরা লৈরিবসি খঙ্ খবা তারে— । মচু খঙহনবা য়াদে ;— লাও চৎলাস— । (মখোয় লোইনা খোকখিবা )

**লাইট ওফ**

## মরিশুবা উৎপা

### স্কুল

মফম ঃ— কা অমা মতম ঃ—অয়ুক

(কাগী ফকলাঙ ময়াদা চেয়ার অমা টেবীল অমা থান্না লৈ— নাক্ত ব্লেক বোর্ড মচা অমা লৈ ; মমাঙদা বেঞ্চ পরেং অনি উরি ; বেঞ্চদা জামিনী, স্নাজাও, মাইপাক ফমত্না লৈরম্মী )

মাইপাক ঃ—জামিনী— !

জামিনী :—করি হায়বগে— ?

মাইপাক :—( লাইরিকতা খুদোমবী থিল্লগা ) অসি করি হায়রিবনো— ?

জামিনী :—টি টি হায়বা।

মাইপাক :—ট+ইকার ট+ইকার টিটি —। চুমলবরা জামিনী— ?

জামিনী :—চুম্মে—চুম্মে—। তা মাইপাকথোয়না রো-রো—টি টি টি টি হায়ত্তনা মগ হোয়বত্তনে—। নত্তে—তাদগী পাড়াবু অত্তদরাও— ?

মাইপাক :—নত্তে, চুম্মা কাওথিত্তনা হত্তবনি—। ( লামাই হায়দোক্লগা ) ঐখোয়গী পাড়াদি খাত্তদনি—।

জামিনী :—অত্তদি ভসিগী পাড়া পাও—।

স্নাজাও :—জামিনী, ঐখোয়না হোজিক তমলিবা মপী লাইরিক অসি তখাদা মতম কযা কুইনা চত্থি— ?

জামিনী :—মপী লাইরিক অত্ত লোইথিবদ থা তরেৎলোম চত্থি :

স্নাজাও :—নংনা তমলিবসিনা করি কৌই ?

জামিনী :—ক্লাস রান কোই—। কান্নদে—ওঝা লাক্লগনি পাড় ঔরাইসি—।

স্নাজাও :—হোয় — হোয়—। ( স্নাজাওগা মাইপাককা পাড়া ঔরাইবা )

মাইপাক স্নাজাও :—( লাওনা পাড়া পাবা ) কেরে শেৎলে তেরে নেৎলে ফেঙলে শেৎলে লেঙলে চেৎলে ( জামিনীনা

মনাকোঙ মেন্দুনা শাওবা ) পেৎলে মেৎলে মেৎলে কেঙলে

জামিনী :—নাকোঙ য়ৈশিল্লে—খর তপ্না পাউ-ও— ।

( মাইপাক স্নাজাও অৎম লাওনা লাইরিক পারি )

মাইপাক :— ( পাড়া পাবা ) পেনা শকই চেনা থেকই মেলা কাই তেরা পাই ( মতম অসিদা কোইরেঙ, যাদব, তেম্বা, রাধে চংলকতুনা ফম্মী ) বেরা শাই খামেনথাই

স্নাজাও :—( পাড়া পাবা ) পেৎ পেৎ লাউই ফেৎ ফেৎ হায়রি বেঙ বেঙ ভাংই নেঙ নেঙ নাইরি ।

যাদব :—( তাবা ঙম্নকত্রতনা ) ন-শা, —শন্না তপ্না তপ্না পানসি—। অহল ওইরকপাগী না গা খরা তাথিবনে না অসি পঙগদোরে— । ( ময়াম পুন্নমক তুম্মীন তুম্মীন্না মাগী মাগী পাড়া ঔরাইদুনা লৈ; মতম অসিদা শান্তি রেজিষ্টার বুক অমা পাহরদুনা চঙঙকহ; ময়ামগী খরায় য়াওবা মতৌ অঙ উবদা শান্তি মপুক্নীং হরাওনা য়েংদুনা লৈ; জামিনীনা লাইরিক ঔরাইরম্বদগী শান্তি লাকপা উবদা জামিনী হৌগৎলি; মথং মথং ইংগীত তেনদুনা ওঝা লাকই খঙনরক্তুনা ময়াম পুন্নমক ফুক ফুক হোগৎতুনা লেপ্পী— )

শান্তি : -( নোক্তুনা ) ফম্মু—ফম্মু— । ( ময়াম পুন্নমক ভমুক ফম্মী । ( শান্তি চেয়ারদা ফম্লগ। ) ময়াম্ন ভাসুম্ন পবায় য়াও রবদবু লাইরিক হৈরোযদোৎবগী মরম শুকৌল লৈদে— পুন্নমক উইল্ কনবা—অথা কনবগী মথা পানবনি; ফরে,

হৌজিক্তি—মিং কৌহুনা লাইরিক তম্বা হৌজিকৈদ ভারত জাতীগী ঈশৈ শক্লসি—। (ময়াম হৌগৎতুনা ঈশৈ শকপা )

## ঈশৈ

জন-গণ মণ অধিনায়ক জয় হে ! ভারত-ভাগ্য-বিধাতা ।
পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাট, মারাঠা, দ্রাবিড়, উৎকল, বঙ্গ,
বিন্ধ্য, হিমাচল, যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জল ধিতরঙ্গ.
তব শুভ মানে জাগে তব শুভ আসিষ মাগে, গাহে তব জয় গাথা।
জন গণ মঙ্গল দায়ক জয় হে ! ভারত ভাগ্য বিধাতা ।
জয় হে জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে ॥

( ময়াম পুন্নমক ঈশৈ শবপা লোইরগা ফম্মী : )

শান্তি :—ক্লাস রানগী মিং কৌরগে—। ( শান্তিনা মথং মথং কৌবা—ছাত্র ছাত্রীনা মথং মথং থুম্বা ) তোম্বী ! চাউবী । জামিনী ! তোম্বা ! গোপাল ! সনী । মণি ! জাতি ! মংলেম ! কুবের ! চন্দ্র ! নিলমণি ! নরাণ ! য়াইমা ! ভগ্নী ! সনাৈর ! ( সনাৈরগী মমি কৌবদা থুম্মকতবা ) সনাৈর লাক্তবরা — ? সনাৈর !

জামিনী :—লাক্তে ওঝা— ।

শান্তি :—কেদৌরে হায়বগে মশা ওমত্রে হায়বরা — ?

জাতি :— মকমদগী ) মাদি লৌরক্কী ভাক্তা ফাগনি হায়দুনা ১পাগী মতুং ইন্দুনা লৌবুক্তা চৎখ্রে হায় — ।

শান্তি ঃ—ফরে—ফরে—। অহু অহল-লমন পুন্নমক্তি লোইনা কাবিরক্লবা নংত্রা—?

কোইরেঙ ঃ—( তুং-মাং য়েংলগা ) হোয় ; লোইনা কারক্লমাল্লে ;

শান্তি ঃ—অহুদি লাইরিক তম্না হৌরসি—। ঐনা খুড়াখোয় তাদ-খোয়দা অঙ্ক তম্বীবা হৌরিবসে ময়েক্কীদি ক্লাস রান পাইরগা তমগদবনি—অংবু করিশু অকাইবা লৈতে হায়দুনা তম্বা হৌরিবনি—। ফরে, তা স্নাজাও, ঐ রা হায়গে—( স্নাজাও লেপথংলি ) নংগী লুপা ৫০ লৈবদগী মাইপাক তা। লুপা ২০ পুথোকখিবা তারবদি·······।

স্নাজাও ঃ—মত্ত হায়বীগন্থ ওঝা—মহু ঐ ঙমক্তরোই ; তরক তরক ঐগী লুপা ১০ দং লৈজবদা মরূপ-মপাংনি হায়দুনা শেন্দোয় লুপা ১ কাবীগনি হায়ৎনা পুখ্রগা চহি অম ফারবা ফাওবা শিংবিদে—শেন্দোয়দি লাইরদনা মহুং লুপা ১০ অহু ফাংবা উচিন শাচিংনা ফংভি—ঐ মাইপাকতা শেল পুথোকচরোই—।

মাইপাক ঃ—( ফুক হৌগংতুনা )হায়, নং মী হাংপা রা ঙাংগন্থনে—থা অমা ফারগা শীংগে গায়বদা ঐনা চোন্থখিবা হায়বু থা ৪ দনি—। চহি অমা ফারগা ঐনা শীংবরা—?

স্নাজাও ঃ-অহু নংগোম্দা শেল পুথোকপা পামজদে—।

মইপাক ঃ—শেন্দোয় কাদেকা হায়রিএ- ঐনা শেন্দোয় সিকি অমা কাখিবহুদি—?

স্না জাও :—অত্থু আদ খঙদে—নঙোন্দা শেল পুথোকপদি ইহো জনম অসিগী ওইত্রে—।

মাইপাক : - ঐনদি নঙোন্দা হোজিক শেল পুগে হায়জররবরা—?

স্নাজাও : — ওঝানা নংগীদমক্ত হায়খ্রিবত্থদি - ন না হায়দনবু ওঝানা হায়বা হৌনবরা— ?

শান্তি :—করিনো —তা স্নাজাওগা তা মাইককানা তৌরিবসিবু—? ঐদি চুম্নগী খায়দোকপা অমা হওগে হায়তুনা রাহ শেম্বনি ; কনাবু কনাদা শেল পুথোকউ হায়নস্নু নত্তে - । তা স্না-জাওগা তা মাইপাককা নক্ননা ফম্মী হায়তনা প্রমাণ তৌতুনা হায়বনিনে — । তা মাইপাক ফম্মু — । ( মাইপাক ফম্বা )

স্নাজাও :—ও ! অত্থু ওইরে — ; ঐদি ওঝাবু ……..।

শান্তি :—হোয়নে—হোয়নে—তা স্নাজাও অমা ভাব ফম্মনগরে —। শে—অমুক হওগে থুম্মুশে—নংগী লুপা ৫০ লৈবদগী মাই-পাকতা লুপা ২০ পুথোকখিবা তারবদি থুংতা কয়া লৈহোরি— ? ( স্নাজাও খঙদত্তনা লুথম হোংতুন, উরা চুমদাং শিত্তুনা লৈবা ) হায়ও তা স্নাজাও—কৈদোরবগে ? ( স্নাজাওনা লোম্না মনাক্তা থংননা ফমলিবা জামিনীদা তাকউ হায়বা )

জামিনী : -ওঝা, তা স্নাজাওনা ঐঙোন্দা তাকউ হায়রে — ।

শান্তি : হা — ?

জামিনী :—ত. স্নাজাওনা ঐঙোন্দা তাকউ হায়রিবা— ।

স্নাজাও :—হায়দে ওঝা— ।

জামিনী :—নংনা হৌজিক ঐত্তোন্দা খুজিননা শীকৃলকপন্থদি — ?

স্নাজাও : মন্থুদি খরা চঙশিল্লু হায়বনে— ।

শান্তি :—খঙডে— খঙডে— । তা স্নাজাও, করিগী নংনা নখাগী অঙাংদা হুঙলুরিবদি — ? হা তা স্নাজাও ?

স্নাজাও :—খঙদ্রবা— !

শান্তি :—( নোক্তুনা ) মহু ফাওবা কৈ ; মরমদি খঙদববু খঙননবা তানবদা ইখাগী অঙাং খঙদে—ইথক্কী অহল খঙদে অখঙদদা হুঙহুনা খঙননবা তানগদবনি — । ইকায়রোইদবনি ; ময়াম্না খঙবীগদবদি ঐবু তস্বীব। তাকহীবা ঙম্বা মী অদুদি ইখাগী অঙাং ওইরবস্থু ঐগীদি ওঝানি গুরুনি— । করিমত্তা ইকায়বীরোইদবনি ; ( মতম অসিদা পাখং অমা নাকলদা লাইরিক য়েংহুনা চঙলকই) কৈদোরে তাদ নংদি অমুক থেংক্লবদি— ?

পাখং :—ওঝ , ঐবু ময়াম্না........ ( ফম্মীবা ময়ামদা য়েংবা )

শান্তি :—ময়াম্না কৈদোরবগে —?

কোইরেঙ :—ইবেম্মা, মাদি ময়াম অসিগা শোক্ল পন্নহুনা ফম্মীনবা য়াব মীশক অমা নত্তে — । অহুনা মহাক্তি ময়াম মবক্তা চঙবদা খুদোঙ চাররোই — । চৎলো— চৎলো—ইবুংঙো— রারোগনু— ।

শান্তি :—খুড়ানা হায়রিবসি লাক্লিবা তাদ অসি অতোনবা ডাংনি অহুনা ময়াম্না শোক্লনিঙদে অসিরা ?

কোইরেঙ :—মনি—ইবেম্মা—! মাগা শোক্করবদি এখোয় য়ুমদা চৎলগা হকচাং শেংদোকপা তাই—।

শান্তি :—মাংঙ অসিরা—?

কোইরেঙ :—হোয়—।

শান্তি :—রাখল অত্ত যাম্না লাল্লে থুড়া—। ঐগী রা অমুক্তা তাবীয়ু; অমাঙ-অশোযগী রাদি আদ য়াম্না থাপনা লৈ-হৌরে; হৌজিক্কী মতমদি জাৎ অতোনবা তোনদবগী রাদি লাইরদনা জাতী তোঙান তোঙানবা ফাওবা ইমা অমত্তুগী গর্ভদগী তামীন্নরক্লবা ইচিল ইনাওগুম তু শিনা লৈমীন্নহনা চামীন-থকমীন্নরবা মতমনি;

যাদব :—অত্তুদা ইবেম্মা, মাদি অতোনবা, শোক্ক পল্লবা য়াদবা জাৎনিনে—।

শান্তি : হায়জরবসিনি রাখল অদো লাল্লে—। ঐখোযগী সমাজনা অতোনবনি তোনদবনি হাযনা থায়রিবসে সমাজগী য়াম্না লানথ্রবা রাখলনি; অতোনবা জাতীনি হাযরিবা মহাক অসি মীদি মীনিদনা—। মহাকসু মীনি—ঐখোয়সু মীনি—মীগা য়োংগদি নত্তেদন—।

স্নাজাও :—অত্তুদা সমাজগী চৎনবী—! জাৎ বীজাৎত অতোনব তোনদবা পূন্নমক অসি অমত্ত ওইগদবনি--তুংশিনা লৈমীন-নগদবনি হাযনা থম্মোয়দা চেল্লকপা রাখলগী ঈচে নবু থিওগে হোৎনরিবা সমজ্ঞ। সমাজ মানা নোংজু থাগী তুংরলগী ঈচেলবু থিঙবা ঙমগদরা—? নত্তে,—ময়াম

পুম্নমক অমুক্তা হায়বীম্ন—নিপা অসিগা শম্নরগা হকচাংদা করি মাংঙি, —করি লাইথুং পক্লকই ? ময়াম্না শোক্লা পম্নবদা মাংঙি হায়না থনবীগদবদি মশাদা লাইথুং থুংলবা, ফংত্রবা লাইনা পক্লবা মী অতুবু অমাংবনি হায়না থনবীগদবনি।

মাইপাক :—য়ানিংবা ব্রাকম থম্না লৈরে।

ম্বাজাও :—হোইনে— ।

শান্তি :—খম্বতুনা য়েংবীম্ন—থাইনা মমাংঙৈদা ঐখোয়না, প লিঙৈদা হরিজনবু মাংই হায়না লাইশংদা মন্দিরদা চংহল্লমদে—। অতুগা শেংলবা জাতীনি হায়তুনা হিন্দু ঐখোয়না মন্দিরদা লাংলিবা মুংগী লাইগী মুর্ত্তি অতুদি হরিজন-শিংদনা শাবা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি ঙাক্তনি—। খল্লুবদা নোকনিংদরা— ? অতুনা হৌজিক্কী মতমদদি জ্ঞান তানবকতুনা অমাং অশেংগী ব্রাথল অসিদি কাওনগ্রবনি—। মহাকম্ন ঐখোয়ম্ন ঈশ্বরগী খুংশেম ঙাক্তনি করি খেন্নবা লৈ —।

তেম্বা ;—হোইনে—হোইনে ; চুম্মীদা হায়রিবসে —!

শান্তি :—( শান্তিনা হৌগৎতুনা পাখং অতুগী থুজেং পাইরগা ) তাদা অসিগী মশা শোক্লগা ঐঙোন্দা করি অমাংবা লৈ ? হকচাং হকচাং শোক্লরগা থম্মোইগী মুংশিনববু হেনগৎ-লকই —। লাও—তাদা, ফম্বীম্ন য়ানি। ( চিংশিন্দুনা

বেঞ্চদা পাখং অন্তবু কমহনবা ) ঙসি ঐনা হায়জরিবসি পুক্লিং চংনা তাবীয়, থুঙং অসিবু চাওখংপগী থম থেবা থাকতা শেমগৎ শাগৎসি হায়রবদি থুল অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক জাং— বিজাং— অতোনবা— তোন্দবা খাইনা চংপগী রাখল অসি থাদোকপিগদবনি।

কোইরেঙ :—ইবেম্মা থুড়াখোইনা করি খঙগনি—অপংবা ঐখোয়গী অরানবা রাখল চুমথোকপিয়ু—অম্মুম কৈ হায়রবদা ঐখোয় লৌজগনি—।

বসন্ত ;—( মতম অসিদা বসন্ত হরাও হরাওনা মখুৎতা চে থরা পাইদুনা চংলকই ) ঐ মুভাইবা পাও অমা তমজনিংদুনা লাকচবনি মযামগী লাইরিক তপদা ঙাহাক্তং অপনবা পিজবা তাবে— ।

শান্তি :—করি মুংঙাইবা পাওনো হায়বিয়ু ডাক্তর—।

বসন্ত : ঐখোইনা শেমগৎ শাগৎচরিবা পুম্নমকপু নহান সরকারগী মী লাকভুতা য়েংথিবদুদগী Development Minister না পেনবীদুদা থুল অসিগী লমীপু মুং থাননবা অমদি থোংস্নু শাননবা স্কীম পাইখৎলু হায়না P.W D. Dept, দা চে পিথরে হায়—।

কোইরেঙ :—মুংঙাইবেদা ডাক্তর বাবু—।

বসন্ত :—অদুগা মসিদগী হেন্না মুভাইবা পাও অমনা থক চানবগী ঈশিং-মাইশিং অফবা য়োরনবা ঐখোয় ময়াম চংদুনা

পুত্রী অচৌবা অমা তৌবা অসিগীদমক্তসু লুপা ৭০০ লৌরবা য়ানি হায়বা চে পিরক্লে —।

কোইরেঙ :—হা—ইবুঙো—-

বসন্ত :—অচুম্বনি খুড়া— ; শেল অসিসু খুড়ানা চৎতুনা লৌ বীরুগদবনি— ।

কোইরেঙ :— পূন্নমক ইবুঙো অমদি ইবেম্মা শান্তিগী মপাল-দগীনি— ।

বসন্ত :—নত্তে—নত্তে—মহু লাক্লে ; ঙসি থুল অসিবু অসিগুম্বা ফিভম য়ৌনা শেমগৎ-শাগৎলক্লিবসি খুড়াখোইনচিংবা থুলগী মীয়াম পূন্নমক্না ইশাগী ওইজবা কানবা পূন্নমক থাদোক্তুনা নোম্বা কনবা অথাংকনবা লিংজেল মান্নবগী শক্তিদনা ঙমলিবনি— । অদুগা হন্দক সরকারদগী ফং-গদৌবিবা লুপা ৭০০ অসিনা থুলগী ক্লব অমা শাহোবা তারে—।

কোইরেঙ :—ক্লব হায়বদি করিনো —?

বসন্ত :—ক্লব হায়বদি ময়ামগী পোথাফম, রা তানফম যুম মচা অমা শাতুনা থম্বতুবু ক্লব কৌই—।

মহুদা লৈপাক্কী ঈ-পাঙ কংননবা তুমিং থুদিংগী খবর লৌতুনা থমগনি —পাবদা কানবা য়াবা লাইরিক লাইশু থমগনি —। অদুগা ঙমলবদি ইমুং-মনুংগী শান্নপোৎশু থমগনি — । অহুদগী অমুক ঙমজরগনা সরকারদা

হায়জন্থনা খুল অসিগীদমক্তা রেডিও অমা লৌথুনা ক্লবতা থম্নবা হোৎনগনি—। খুলগী নহা-অহল পুম্নমক য়ুমগী থবক-ইনথাং লোইরগা ক্লব অতুদা চৎলগা পোথাবী-গদবনি খুলগী অফ-ফত্তগী মরমদা তানবীগদবনি—।

কোইরেঙ :—মঙগুম্নবা রাদো ইবুঙো অমদি ইবেম্মা শান্তি অনিনা হোৎনবীথুনা তাইবংদা মঙকাওনহনবীয়ু। মতু ঐথোয়গী ইতিক নৎত্রে—।

বসন্ত :—মদো ময়ামগী অপুনবা শক্তি, নোম্বা শুবনা ফংগদবনি ; ময়াম্না পুকচেল অমত্তা ওইনা পাংথোকে হায়না নিং-গ্রবদা নিংবা থুংলোইদবা করিশু লৈতে। নিংবা থুংগনি হায়থসি ঐনা থাজৈ ;—ঐগী থাজবা অসি ময়াম্না মাং-হনবীগনু—। ( ময়ামদা ওনশিন্দুনা ভক্তি তৌবা ) ( ময়ামনু মথৌনা হাপকৎলকপা, হরাওবা )

**লাইট ওফ**

---

# বিশ্রাম

# অনিশুবা শরুক

## ১বা উৎপা

লায়েংশঙ

মফম ঃ মাঙ্গল

মতম ঃ—সু থিল

( হীদাক লাওথক থম্ম উপু অমসু লৈ ; টেবীল চেয়ার থাংনা লৈ ; বেঞ্চ অশাংবা অমসু থাম্না লৈ ; বেঞ্চ অমদা যাদব অমসুং পাথং নত্তা অমা ফমজনা লৈ ; রাধেনা উপু হাংদোক্লুনা হীদাক লিকলি অমা লৌথোরকই )

রাধে ঃ ( গ্লাস অমা লৌরগা হীদাক হনা হৈনা ) মসে অশাবা অয়াকপা হীদাক নত্তে ইচম চম্ব ঙৌনকনি

যাদব ঃ—ইবেম্মা, খাগে খাশঙু য়াক্কে য়াকশঙু - মহাক্না পক্লনা চৎনগদ্রা — ? ( মতম অসিদা বসন্ত চঙক্লগা তুম্মীননা লেপ্লুনা য়েংজনা লৈ — ; মখোয় অঙমনাদ উদে )

পাথং ঃ—এগীদি হায়রিবসিনি—থকলোই হায়রিবসিনি— !

রাধে ঃ— ( নোক্লুন ) করিগী থক্লোইদোরিবনো - ? মসি থক্লগা হকচাং সুংঙাইত্রিবা—ন রিবা য়েকইবা পুম্নমক অদো ক্ষগদবনে — । মসে ছু নত্তেএ— ।

পাথং ঃ—ছু—থঙদে আমুত থঙদে —থক্লোই হায়রিবসিনি— ।

( রাধেনা হীদাক পায়দুনা চঙশিল্লকপা ) ; পুরক্লমু—

ঐদি থক্লোই হায়রিবসিনি—। ( মতোমতা মথুৎনা মচিন মেনজবা )

যাদব ঃ—( ফুক হৌগৎলগা ), করিগী থক্লোইদৌরিবনো—? নংবু অঙাং পীশকল —? শে ঙাওশিন্নগনু— । (পাথং অতুগী মচিল মেল্লিবা মথুং অতু লৌথোকপা ) ইবেম্মা, ময়াদা হেক্তা হৈজিনবীয়ু—। (যাদবনা পাথং অতুগী মথুং ফাবা) মানা চক্রী তৌহনা চৎনবা য়াবা নত্তে—। লাও ইবেম্মা—। (রাধেনা চঙশিল্লকপা ; পাথং অতুনা মঙক হান্নবা) ঙাও-শিন্নমনে—নংবু—। ( মথুং নাম্লনা পাথং অতুগী মকোক পাইবা ) ইবেম্মা, হেক্তা হৈজিনবীয়ু—।

রাধে ঃ—করিনু তৌরোইএ তাদ - থকশি কৈদৌবগে— ? ( পাথং অতুগী ময়াদা হীদাক নমতুনা হৈজিনবা ; পাথং অতুনা হীদাক কামথোরকপা ; মতুদা রাধেগী মমিং মমায় মফি মরোলদা চোঙবা ) ( রাধে করিমতা শাওদে )

যাদব ঃ—ই য়া—অতুম হৌনবরা—? হা - করিগী ঙাওশিন্নরি— ( মনমদা থুপাকনা থাবা )

পাথং ঃ -সিবু ঙাওশিন্নবরা—? মীনা থক্লোই হায়রেদন —।

যাদব ঃ—ই-য়া—মচিলবু থী-নে—। ( অমুক ফুগে তৌবা )

রাধে ঃ—খুড়া, মশা শোনবা অনাবা মীদা অতুম্না লাও খোঙহুনা চৈবীগদবা নত্তে—। অমুক্তা ঙাইবীথো—। ( হীদাক অমুক গ্লাসতা হৈরগা) ন না চামঙারক ওথোক্লবসু চামঙারক

পীখকনি—। শে—হীদাক অসি থকচিল্লু—। শে—থকচিল্লো—নংগী ফনন্নবনে শে—থকও—। (পাখং অদু কিবোই—ভকপোক জ্ঞান তাদনা থকপা) কৈদোঙ,—অদু ভায়দনা—। (যাদব হরাওজবা; বসন্তনু থোদোক অদু উবদা মপুক্কি দা হুভাইবা পোক্‌প ) (যাদবনা মমাই লৈথোরকপদা বসন্তবু উবা)

যাদব :—এ, ইবুঙোসু লেংভকলেদনা—। সলাম ইবুঙো—। (সলাম তৌবা)

বসন্ত :—সলাম খুড়া—।

যাদব :—ইবুঙো বাবু, হৌজিক্কীদি ইবেম্মা রাধেনা হীদাক পীথকপীরে—।

বসন্ত :—ঐ লোইনা উজৈ—।

যাদব :—মতুংগীদি.........।

বসন্ত :—ফনি হায়জগে—। রাধে, হৌজিক পীথকপা হীদাক অদু লিকলি অহাঙবা অমদা দোজ নিপালদং হৈরগা খুড়াদা পীখো—।

রাধে :—ফনি—। (রাধেনা লিকলি অহাঙবা অমদা হীদাক হৈবা)

বসন্ত :—খুড়া হীদাক মহি অসি অয়ুকতা অমুক লুংখিলদা অমুক নোংমদা অনিরক পীথকপীয়ু—। মরাইনা ফজগনি—।

রাধে :—শে খুড়া—। (লিকলিদু যাদবতা পীবা)

যাদব :—অদুদি ইবুঙো—খুড়া হনজরগে—।

বসন্ত :—ফনি—লেংঙো—। ( পাখংদুদা ) চৎলশি ইবুঙো—। ( যাদবকা পাখংদুগা থোকখিবা ) রাধে, ঐনা চৎথোকখিং-ঙৈদা অনাবা হীদাক লৌবা কয়াম লাক্লম্মে— ?

রাধে :—তরামুক শুরে—।

বসন্ত :—রাধে, নংনা অনাবা মীগী সেবা তৌবদা হৈ-শিঙবা অমদি পুককচেল চাওবগী নগুল অদু ঙসিদি ঐনা তশেংনা উংফংলে—। নহাক অসে নর্শ অমা ওইবদা হেন্দোক্লা মতিক চারবী অমা ওইরে। নবু ঐনা থাগৎতবা ঙমদে।

রাধে :—করিগুম্বা খঙজদবী পঙলবী ঐবু অদুগুম্বা থাগৎ রাহৈ তাক-পীদুনা ঐগী অনৌবা থোনা হাপ্পীরিবসি ঐগী লাইবক ফবনি—। ডাক্তর বাবুগী থৌজ'লদগী অসিগুম্বা অশোল অনাগী সেবা তৌবগী লম্বী অসিদা পুন্সিসিগী চৎচবা ফজগে— নিংজরিবা আশা অসি ঈশ্বরনা থুংহনবীবা ওইশনু—।

বসন্ত :—অদুদি রাধে, নংগা ঐগা পুন্সিগী অনিংবা লম্বী তিন্নরে—।

রাধে :—কনানা অশুম থোক্লগনি হায়বা ঙমগনি ; পুন্নমক ঈশ্বরগী নোংদমনি—। লম্বী অসিদদি ডাক্তর বাবুনা ঐগীদি ওঝানি ঐনা ছাত্রনি—।

বসন্ত : তোয়নে—। (শান্তি চঙওকপা ; তুম্মীনুনা লেপ্তুনা তাবা )

রাধে :—লমজি বীগনি—ঐনা তুং ইনজবনি—।

বসন্ত :—ফয়ে রাধে—নংনা হায়খিবত্থনা অশেঙবা নপুরুষীং ওইরবদি ঐনা করিগুম্বা নখোয়গী থুল অদি থাদোক্তুনা সহরদা চৎখিবা তারবদি নহাক ঐগী ইতুং ইনবা ঙমগদরা—?

রাধে :—লমথাঙদ হুন্দোকপিরম্মোই হায়রবদি ঐগী থরায়না তাজবা পুন্সিগী চৎচনিঙবা লম্বী অত্তুদা নতুং ইন্দুনা চৎচবদা রাই কৌবদা হায়জরম্মোই—চৎলিবা লম্বী অত্থগী পম্বু-ফমবু য়ৌজবা ঙম্নবদি ঐগী স্বর্গনি—।

শান্তি :—করম্বা থরায়না তাবা লম্বীনে—?

রাধে :—ওঝা—অসুম্............।

শান্তি :—নংনা চৎকদৌরিবা লম্বী অত অফবা ওইরবদি ঐসু ডাক্তর বাবুগী তুং ইনবদা য়াঙগেনে—।

বসন্ত :—রাধেনা ডাক্তরগী থবক অসিদা মথরায়না য়াম্না পাম্না হোৎনবসিদা মুঙাইত্থনা রারি পংশা শাবনি।

শান্তি :—হোয়দা—হোয়দা—ইনজরোইদা—। অনিশুনা ইল্লবদি ডাক্তর বাবুগী কোক্ চাওগনি হায়বা থঙজেদা—।

বসন্ত :—এঃ—ভাব অসিদি—!

শান্তি :—ইকায়বীনুদা—। ফোঙদোক্লবা ঙমদ্রবস্র পুকনুংদা থল্লবমথৈদি করিসু দোষ লৈত্তেদা—। ঐ অসি মীগী মীতেক-মীরৌ থঙবী তাবা তারে—। তোকচরগে মসিগী রাসি—। নত্ত্তে, ডাক্তর বাবুবু সহরদা চৎকনি হায়বত্থবু শোয়দ্রবরা—?

বসন্ত :—হোয়, চৎপা তারিমাল্লে—; খুড়া কোইরেঙনা পুখ্রী

তৌবগী শেল অহু ঐবু লৌক হায়রি—। করিগীনো ইবেম্বা—?

শান্তি :—চুন্না মোংবা নিনিগী রানি—অয়ুক হন্নকখিগদবনিদনা—?

বসন্ত :—হন্নকত্রবদি কমদৌনি; সরকারনা ঐগী ইহুৎ অমা থারকদ্রিবা ফাওবদি ঐদি মতম খরা লৈথিবা তারি—।

শান্তি :—অদুবু ডাক্তর বাবু, ঐদি খুঙ্গং অসিগী অমম্বা অহিং লোট-খিদুনা অনৌবা অয়ুক ওইরকপা ফাওবা খুঙ্গং অসিদা লৈনিংবনি—অদুবু নোং-ডানফৎত্রিদৈদা ঐ ইশা য়াওনা শেমগৎ শাগৎচবা হোৎন্নবা খুঙ্গং অসি থাদোক্তুনা চৎপগী মতাং লাক্লে—।

রাধে :—করি ত্তোরে ওঝা? ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিদা লৈনিদ্রবরা—লৈবদা রারবরা?

শান্তি :—রাগনি খওনা লাকখিবা ঐনি; করিগুম্বা থবক অমা ফননবা শেমগৎ-শাগৎপা তারবদি ইশা ইশাগী ওইজবা কান্নবা অরা-অনা শিবিক থাদোকদবদি—। অরা অনা অদো মায়রোং য়াব কীদুনা চৎকে হায়বা নত্তে—।

বসন্ত :—অদুদি করিগীনো—?

শান্তি :—ঐগী ইহুৎ শিনবীনবা মী অমা হয়েং হওচিং লাক্কগনি—হায়;— মহু খওদুনা ঐখোয়গী পাবুংথোয় ইমাথোয়না ঐবু খুঙ্গং অসি থাদোকলমলো হায়না পাও থারক্লে—।

রাধে :—ওঝাগী মহুৎ শিন্নগদৌরিবা নিপী-নিপা অদুবু সহরদগীরা?

শান্তি :—অত্তে নত্তে,—খুড়া কোইরেঙনা পোকপা শূর্য্য কৌবদো

মেত্রিক পাশ তৌরে হায়—। মহাক্না স্কুল অসি পুরগনি।

রাধে ঃ—নত্তে— নত্তে—ওঝা, মত্থু হায়বীগন্থু ; ওঝাগী হাঙলবা মক্কমবু মহাক্না মেনবদি ওইথোক্তবনি ; মহাক্না লাইরিক ক্ষনা হৈত্থনস্থ ওঝা অমা ওইবগী মতিক মগুল লৈথিরোই ; ওঝা ঐখোয় খ্বায়বু মুংশিবীত্থনা অমদি খুঙ্গং অসিগীদমক্তা থন্দুনা মতম থরা লৈবীখো ;

শান্তি ঃ—নত্তে—রাধে, নংগী রাখল অত্থু লাল্লে ; খুড়া কোইরেঙনা পোকপা সূর্য্য হায়রিবা নিপা অসে নখোয়গী খুঙ্গং অসিদগী থোকপা মমল নাইত্রবা মণিনি হায়না থল্লু—। মহাক্তি নখোয় খ্বায়গী অমদি খুঙ্গং অসিগী অশেংবা নরলনি ; ইশাগী ইপোৎপু ইশানা রাঙনা থাঙগৎকদবনি ; ঐখোয় ইশাবু ইশানা হন্থনা থল্লবদি করম্না চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিনবা ঙমগনি—।

বসন্ত ঃ—ইবেম্মা শান্তিনা হায়রিবা রাসে চুমপ্রবা রানি রাধে। খুঙ্গং অসিবু ঐখোয় খ্বায় চঙত্থনা শেমগৎ-শাগৎপগুম সূর্য্যবুস্থ নখোয় ময়াম চঙত্থনা অরাঙবা থাক্তা পুখৎপিনবা হোৎনগদবনি—। ইশমু শম্না হায়রবদা, ঐগী মীবু ঐনা ইকায় খুম্নবীত্রবদা অতোপ্পা কনানা ইকায় খুম্নবীগনি—। ( মতম অসিদা তোলমুগা মেড়াগা চঙকই ) অত্থনা খুঙ্গংবু শেমগৎ-শাগৎকে,—চাওখৎপগী লম্বীদা পুশিনগে হায়রবদি অসিগুম্বা রাখল অসিস্থ মীপূম খুদিঙমক্না চেনগদবনি—।

তোলমু ঃ— ( শাওনা ) শেমগৎলে,— শাগৎলে,—চাওখৎলে—।

ইবুঙো ডাক্তরগা ইবেম্মা ওঝাগনা থুঙ্গং অসিদা লাকখৈদগী য়া'ম্ন। চাওখৎলে—ইমুংগী থবক ইংখাং নোমত্তুনা, নিপীগী শিন তমহনা লৈগদবা নহা-হুবীশিংবু লমহাংদা অচিকপা মফমদা পুথোক্তুনা নিপা নহাগা কেন-মৌনহুনা রারি শাবদা হৈনহল্লে—। অসিবু—শেমগৎলিবরা? নত্রগা শীথরিবরা—?

রাধে :—পাজি—।

মেড়া :—কৃষ্ণগী বাঁশী খোনজেল তাবদা ব্রজগী গোপীশিংনা ময়ুম ময়ুমদগী ঙাওহুনা চেনথোকপগুম হন্দক সহরগী শ্রীকৃষ্ণ অমা ফাওরকখৈদগী থুঙ্গং অসিগী নহা-হুবী পুম্নমক অহল লমন থোওইখিদ্রে, য়ুমগী মথাদা লৈনিংখিদ্রে—য়া'ম্না চাও-খৎলে—।

রাধে :—তা মেড়া—।

মেড়া :—নত্তে, ডাক্তর বাবুনা তৌবীরিবসিবু করিনো—? অশোল অনা লায়েংবীরিবরা— নত্রগা নহা-হুবীশিংগী থম্মোয়দা হু'শি তিল থাজিনবীরগা অপাম হুংশি লায়নাগী লায়ে বী-রিবরা—?

বসন্ত :—( মোমোন নোক্তুনা ) নত্তে—নত্তে মহমনা হায়বীগন্নু—। মহুদি মচি মরুমদা ঙাংনগনবা—মপা মচা অহল লমন পুল্লিখৈদা ঙাংনরোইদবা রানি; অহুগুম্বা ওইদবা মীনম্বা তোকঙা শীজিন্নহুনা থবক্তা অপনবা পীববদি থুঙ্গং অসিগী শেমগৎ-শাগৎপাদা য়াম্না য়াহৌ থেওলগনি—।

তোলম্ন ঃ—ইবুঙোদি খুঙ্গং শেমগৎ-শাগৎপীবদা নৎতনা মীগী ইমুং মন্নুংস্নু শেমগৎ-শাগৎপীরে—অঙাং-হুবী ফাওবা রারকপীরে—মথক মখা থোক ওনবীরে—। নত্তে, ইবুঙোনা মীগী ইমুং মন্নুংদা ফাওব খুৎ থীঙজিনবীরিবসিবু সরকারনা থোদরকপা নথোরনে—?

মেড়া ঃ—ঐগীদি হায়রিবসিনি—চৈ চানিঙত্রবদি লম্ পঙহেন হেনগন্নু—। মেড়া ঐগী চৈকুদি মী-শে মেঁ মেঁ শোঙহুনা খাঙলনি—।

বসন্ত ঃ—( নোক্কুনা ) হ…হ…হ… খুল অসিগী মত্তেঙ পাঙলূ হায়হুনা সরকারনা ঐবু থারক্লিবসিদি চৈ চাননবা তারিবরা—?

মেড়া ঃ—অঁ—। নরমচৎ চুমত্রবদি চৈ চাবা মশাননা তাবনি—।

রাধে ঃ—তা মেড়া—।

বসন্ত ঃ—য়েংঙোই, ময়াম্না খঙবীগদবদি অমদি রাখল তৌবীগদবদি ঐ অসি ইয়ুম-ইকৈ থাদোক্কুনা খুল অসিগী অরা অনাদা মত্তেঙ পাঙগে খ্বায়গী মরক্তা হু শিনা লৈমীন্নগে খ্বায়গী সেবা তৌগে হায়হুন লাকচরিবনি—। য়েক্নবা-য়েংখিবা থমগে—খুল অসিগী মাঙননবা শিনগে হায়হুনা লাকপা নত্তে—। মীওইবনা ওমর খুভম্ তানবা হায়নরিবসি মীনা ফীদমনিঙাই ওইরবা লমচৎ অমদি অফবা মিংচৎ তানববুনি; হিঙলিঙৈদা অফবা কর্ম্ম তৌরমলবদি—অফবা মিংচৎ থম্লমলবদি ইশা শিথ্রবস্নু অফবা মিংচৎ অহুদি হুমিৎ

থানা থোকলিংমখৈ— লৈহৌরগদবনি—। মতুংবু ওমর খুভম্ ফঙবা কৌই—। ফংতবা মিংচং ফঙননবগীদমক্তদি ইয়ুম-চকৈ থাদোক্তুনা খুল অসিদা লাক্লম্মোই—।

শান্তি :– অচুম্বনি খুড়া, ঙুপী মচা ওইবী ঐগী রাখলনা লাম্ব ফংঙমদ্রবা অনৌবা রাখল কয়া পুথোকপিরক্তুনা ডাক্তর বাবুনা হোৎনবীরিবসে খুল অসিগী শেমগৎ শাগৎপদা য়াম্না মতেঙ ওইখরে –। খুল অসিগী অমম্বা অহিং লোইশিল্লক্তুন। অনৌবা অয়ুক্কী মঙাল শর শর লাক্লবসিদ ডাক্তর বাবুবু লাননা লৌবা চুমদে—।

তোমবু : লৌদে—লৌদে—; লানন করিমত্তা লৌদে। ইশাগী ওইজবা কানবা লম্বী য়েংবনু করিগী লাননা লৌগনি। এঙ্গ মীশু ইশাগী ওইজবা য়েনবা ৮ তুনি । (রাধেদা) চ'য় লমহেনবী—! নবু ঐনা যুমদগী চংথোকপ্ল—চ য়-রমদরা—? নবু ঐনা মফম অসিদা চংকহু হাংদুনা ঙা ব-শকপসি ননাদা করিমত্তা হাপতেনে, হা? ইচাদি লাইরিক হৈবী ওইরবো'ইনা—! নথৌ নংতনা নথৌ শার্বা—ননাং নংতনা যঙ্গোম চাগ্নি বী—, চংলু যুমদা— মল কারকপা মতম গোরে—। (রাধে তিঙক তিঙক য়েংতন লেবা) করিগী লেপ্পুনা লৈরি –? মীগী মমাংদা চোপনিংবরা—হা–? (রাধেনা বসন্তদা য়েংবা)

বসন্ত : চংলো রাধে। হয়দি নংনা লাকত্রবদি নংগী নথোদি হাংদুনা লৈগনিদো—।

তোলমু ঃ—( শাওনা করেম্নবা রাওাংদা ) হয়েংদি নংনা লাকত্রবদি নংগী নথৌদি হাংহুনা লৈগনিদো — ! (বসন্তদা) অহাংবদো নং হেক মেনবীরো — । ঐন পোকংরগা নংনা শিজিন্ন-বীরিবোইরে— ? (রাধেদা) চৎলুনে—যুমদা—। (রাধেবু মঙকশম লাক্পনা ইন্দুনা পুশিবা ; মেড়াশু মতুং ইন্নথরে )

বসন্ত ঃ ইবেম্মা শান্ত ; অপঙবশিং আসগী মশাদা করম্বা মুমিৎ থাদ। মীওচবগী জ্ঞান লাকনি— ?

শান্তি ঃ তম্বীবাদা লেপত্রবা—লাকশিববু কল্লবদি নোংম নত্ত্রগা নোংমদি শাশি অসে মী ওল্লক্কনি —। নাবক জঙ্গোলনা থল্লবা পুঙ্গং অসিবু শেমগৎ-শাগৎপা লোইনা সহব হেক ওচবদা—শাগী লৈফম লেবোক ; মী লোইনা ওল্লক্কনি ;

**লাইট ওফ**

---

# অনিশুবা উৎপা

## লম্বী

মফম ঃ—খুল্লক মতম ঃ—অম্বুক

( সুর্য্য অমসুং স্নাজাও রারী শাঙনা লাকই ; সুর্য্যনা সুইট-কেশ মচা অমা পাইরকই ; স্নাজাওনা বেদিঙ পাইরকই )

( মুর্য্য চপ লেপ্পু না মাইকৈ মরিমক য়েংতি )

সুর্য্য ঃ—স্নাজাও, হন্দক থা মঙা তকক অসিগী মমুংদা তৌরম্নিবা খুঙ্‌গী ফিভম অসিদি করিনো— ?

স্নাজাও ঃ—কৈদৌববগে সুর্য্য— ?

সুর্য্য ঃ—নত্তে,—ঐদি পূমঙক ঙকলে হায়বনি ; লম্বী চৎপদা লৈশোমনা খুজেং যৌবম্বা—কবিগুম্বা মক্ষমদনা খুকউ ফাওবা পুথবম্বঙনা ঙসিদি খুযা ফাওবা লৈখোম তৈত্রে হাযবনি— । লৈরক্কী নাক যেৎতা লৈরম্বা পাৎথি কোমখি কাম্ন অমত্তা লৈবমদবে— । উনা-রানানা হায়থরকপদা লম্বী মশক উরমদবনি—অঙুবু ইহাং গাংখবে—। তুশোল নাওশোলনা লৈবম্বা মী পুন্নমকসু মশা তিঙ তিঙ লাওনা লোইনা ফরমলে— ।

স্নাজাও ঃ—মহুদম্ম নত্তে সুর্য্য, খুলগী মী পুন্নমক্কী থক চানবা হাযহুনা ঈশি অরুবা যোকতুনা থম্বা পুত্রী অচৌবা অমা তৌরিবহ নংদি উরিবোইনে— ?

সুর্য্য :—উজ্রি ; মতুনা কদায়ৱাইদনো—?

স্নাজাও :—উগদবা ভহাক্তু ভাইৱে—। ময়াই লৈকাইগী শোৱক মপান্দনি।

সুর্য্য :—বা! পুম্নমক অসিবু কনাগী মপালদগীনি হায়বা— ?

স্নাজাও :—ডাক্তর বসন্তগা ইবেম্মা শান্তিগাগী মতেঙদগী অসি য়োৱক্লিবনি—।

সুর্য্য : স্কুলদি কমদোৱি—?

স্নাজাও :—লমনা অসি য়োনা চাওখৎলবদা স্কুলদি করিগী চাওখৎলোই—। করি হায়নি, নংনা সহরদা চহি ১০/২০ লেঙদনা লৈত্নবা নহৈ তমজরুবানি—ঐখোয়দি থা মঙা তরুকতং ঐখোয়গী থুঙ্গং অসিদা ওঝা শান্তিনা তম্বীত্নবা ঐখোয় ফাওবা লাইরিক য়াম্না হৈরেনা—।

সুর্য্য : হা— স্নাজাও ! নুঙাইরেদা—।

স্নাজাও :—নখোইগী পাজি কোইরেঙ ফাওবা লাইরিক হৈরবনে?

সুর্য্য :—হা— ! নত্তে-নংবু কদাই য়োৱবগে -কয়াম হৈরবাগে—?

স্নাজাও :— মপী লাইরি লোইগদোৱে ।

সুর্য্য :—( নোক্তুনা ) বা! য়াম্না হৈরেনা— !

স্নাজাও :—অতুগ মুমিং হেক তারকপগা মুপী অঙা' লৈরক খুল্লক্তা চংপ' ঙাম্মদবত হৌজিক্তি থুদোঙথিবা করিমত্তা পোক্রে—।

সুর্য্য :—স্নাজাও, রাফম অত্নমদি ঐ ভাব তাবা ঙমদরে—।

স্নাজাও :—অসিনি সুর্য্য, খুল অসিগী মীশিংনা য়ু থক্নুনা নেশা চাত্নুনা লৈরক খুল্লকতা ভাওশিন্নত্নুনা মুপী অঙাংদা অৱাবা

খুদোংথিৱা পিরম্বান্ত হৌজিক্তি উন ম্বাইম্নুক্ চিকখরে—।
বসন্ত ডাক্তরগী পাওতাক মতুংইননা খুলগী মী পুম্নমক মিটিন অমা তৌগনা খুল অসিদা য়ু য়োনবা য়াদে-য়ু থকপা য়াদে— মসিগী থবক অসি হেক তৌরম্বা নিপা নিপী অত্ত খুলগী মী পুম্নমক্না ফারগা মতিক চাবা দণ্ডি পিবা হায়না লেপ্লখরে—। খুলনা লেপ্লখিবা ৱারেপ মতু·ইম্না কনা'মত্তা লম হেনবা ঙমদ্রে — ।

সুর্য্য :—স্নাজাও, মহৌনা খ্বাদগী হেননা ম্নঙাইবা পাও অম ওইরে—। লাও—চৎশি—য়ুমকা য়ৌদ্রিবৈঙদা বসন্ত ডাক্তর হাম্ন উম্ন-ম্নগা ৱাহৈ অমত্তা ওইরবস্থ মাগী তৌবীমল খঙবা উৎলুগনি।

স্নাজাও :- মহাক্তি ঙৱাং সহরদ চৎখ্রে—।

সুর্য্য :—করি ! মহাক সহরদা চৎখ্রে হায়বা ?

স্নাজাও :—হয়েং হংচিং হল্লকদবনি। খুলগী পুথ্রী তৌবগী শেল থরদং লৌরো হায়গনা সরকারনা হায়রকপাদগী—ঐখোয় খুল অসিগী মহুৎ শিন্দুনা মহাকপু থৱা লৌগ্নীরুচো হাযত্তনা থাথিবনি। মহাক্না চৎপাসিদা লম্বী কোনশাং অসি ম্নুং থানবাগী থবকস্থ সরকারনা থুনা পাইখৎপিরক্লবা হোৎনরমগনি হায়রম্মী '—সুর্য্য, চৎনবা তৌরসি—অসিদা লাক্লিবা শক্ অনি অসি ৱা কয়া ঙাংনিঙদে— ।

সুর্য্য :—( য়ে'লগা ) খুড়া তোলমুগা মেড়াগাবু করি তৌরবগে— ?

স্নাজাও :—খুল অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা করিমত্তা য়াওবা নত্তে— মতম পুম্বদা ঐখোয়গী মায়োকতা লেপ্লিবানি ; চৎলশি —।

( মখোই অনি চৎপা হৌবদা মায়োক্সবা মাইকৈদগী তোল-মুংগা মেড়াগা থোরকই )

তোলমু :—সূর্য্য— ! নং হৌজিক লাকপরা— ?

সূর্য্য :—হোঁয় খুড়া— ! ( সূর্য্যগা স্নাজাওগা চৎথিবা )

মেড়া :—খুড়া— ।

তোলমু :—করিনো— ?

মেড়া :—শক ফজবা লাইরিক হৈবা মচানিপা অসিমগা লাক্সবদি চাওথোকখিবনা কোইরেঙদি কোনবা থুংঙোইদৌরিসে— ।

তোলমু : য়েংবদা কনশিদা মেড়া— । নত্তে-মেড়া, নং ঐনা হায়বত্থু পাওথোকপা ঙমগনিদ্রা— ?

মেড়া :—অয়ুক লাক্তুনা সুংদাংদকা লাকপা থোক্সবদি পে-না মুক লায়বা থবক অদুবু— । রাবিরুস্থু— ।

তোলমু :—মহাক্সা পুরক্কদবসি লুপা ১০০ নি— ; ঐখোয় অনি তংথাই— ! থংঙেদনা— ? থবক অদু পাওথোকপদা চংগ-দবা খরচকীদমক্তদি ঐ লৈরি— । নং ঈ পাও কন্ন' লৌ-দুনা শেন্নদবা য়াদে— ।

মেড়া :—শেলগী রাদি তরাইথোকপ্রদুনা হন্দকী থোংফম অসি মাবু হুরানবা শিরগা থুল অসিদগী তানথিদবা য়াদে— । অদু ওক্টরবদি খুড়াগী মাইবা শাবগী লখীগী তিংথং শেং-দোকলেদনা— ।

তোলমু :—অঁ—অঁ—লৈতুম অমনা উচেক অনি পাল্লে—। সত্যনা শরিশঃ মেড়া নংতনি ঐগী ইমাক ওইগদবা মতিক চাৎনিপাদি— ।

মেড়া :—খুড়াবু— ।

তোলমু :—থবকশিং অসিনা হেক পাওথোকপাদা নোংঙানবগা ইচানুপী নখুবাকতা হাপ্লে— ।

মেড়া :— খুড়াগী কৃপানি; অদু খুড়া, ৰাধেবু মশা ঙমদে হায়ববু কয়াম কন্না ঙমদ্রিবানো— ?

তোলমু :—থঙদে-মেড়া, নহাক্কী নথরাই মুঙ্গাইতবাদু উবদা নহানদগী হৌনা খুড়ান থোঙঙাকপা শাত্থনা মাবু শওত্থনা খুঁৱ অমা ফাওবা চৎথোকহন্দবাদুদা চাও-থকউ হায়বাসু মনাদা করিমত্তা হাপত্তে মশা ঙমদে হায়ত্থনতা লৈ— ।

মেড়া :—থঙত্তে-খুড়া—, মাগীদু থোইবী লাইনানি; করিমত্তা মু·· শাথিবীরুগমু— ।

তোলমু :—( মাইকৈ অমদা য়েংলগা ) তুম্মীন লৈয়ু মেড়া— ঐবু অনাবা লায়েংবাগী কৌবা লাকএ— । ঙসিগীদি লুপা১/২ দি ফংলগনি— । (মতম অসিদা তেম্বা হরাই-মঙ্গল অঙৌবা চ-চাত্থনা থোরকই) তেম্বা—! ( তেম্বা তাদবা ) হায় তেম্বা— ।

তেম্বা : - করি হায়গে খুড়া— ?

তোলমু —নথোয়গী ইমাদি হকচাং থর মুঙাইরবনা - ? ঐ শোক লৈবগা যোরক্কনি হাইয়ু— । হন্দক মরকতি খুড়াসু অনাবা মশিং য়াম্মনথ্রত্থনা থর চিল্লে ।

তেম্বা :—থবক চিল্লবদি লাকপিদ্রবসু য়ারগনি । ঐথোয়গী ইমাদি ডাক্তর বসন্তনা য়েংবদগী মশা অদু য়াম্না ফরে— । হয়েংদি

লৌবুক কুম্বা ওয়গনি— । ( হরাই মঙ্গল খর হুক্রগা ) অাঃ কুমশি কুঁমগী হরাই মঙ্গল অঙোবা অসিদি কনখ্রেদা— । ( চৎখিবা ) ( তোলমু মেড়া শাওনা য়েংতুনা লৈহোই )

**লাইট ওফ**

## অহুমশুবা উৎপা

য়ুম ( কোইরেঙগী )

মফম : মাঙ্গল মতম :— ৎয়ুক পুং ১১ তানকপা

( শান্তি চেয়ারদা ফমদুনা লাংনচ শুদুনা লৈরম্মী কোইরেং য়ু-বী হিদাকপু অমদা হিদাক থক্না থক্না থোরকই ; )

কোইরেং : ইবেম্মা— ।

শান্তি : —খুড় — ।

কোইরেং : ইবেম্মা নংনা ঐখোয় খ্বাই পুন্নমকপু থাদোক্তুনা চংলগনি হায়রবসিবু অচুম্বরা— ?

শান্তি : হেন্জিক্কি ঐনা চংশ্রবস্ম করিস্ত অকাইবা লোত্রেনা খুড়া হৌজিক্কি খুড়ানা পোকপা শুর্যা বাবুস্ত লায়গনি— ।

কোইরেং :- অদাওবা ইচাস্ত লাক্তুনা করিবু তৌগদগে ; মহাক্না করি থংগনি ; নিপীমক ওইরবস্ত নহাক্তি লোশিং চাওবী

কুপীমচানি— নহাক অমদি ডাক্তর বসন্তগী মপালদগী তুমত্তনা লৈরম্বা ঐখোয় পুন্নমক মিংকপ থোকলে অনৌবা অয়ুককী মঙাল উগদবা মতম খজিক্তা ভাইরবদা নহাক্না ঐখোয় পুন্নমকপু অমদি খুল অসিবু থাদোক্কুনা চৎলগনি হায়বসিদি থম্মোয অসিদা থাংভমদ্রবা হুডাইতবা অমা পোকলে ।

শান্তি ঃ- অস্তুদা খুড়া— ।

কোইরেঙ ঃ—থংডে ইবেম্মা—নহাককুম্বী বি-এ পাশ তৌববী নিপী অমনা মতম কুইনা অসিদা লৈথোকপাসি নগী য়াম্না অমাং-বানি হায়বা খুড়ানা থংদবা নত্তে মতম মাঙবিরকপগী মাঙবিবা মতম থরদংগা কাগথোকপিত্তুন খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎপদা ইবেম্মানা নত্তে খজিক্তুংগা পিবীরম্নবদি মতগী দমক্তা মতিক চানা তৌনীমল লমল উংপাদি ভমজবোক অত্তম ওইনমক খুঙ্গ অসিনা নুমিৎ থানা থোকলিবা মথৈ ইবেম্মগী নগুলদি শরু-শোন্না হৌবগনি - নংগী মি চৎতি ওমর ওইত্তুনা লৈহৌবগনি— ।

শান্তি ঃ —খুড়া— !

কোইরেঙ ঃ—পাবুংদসু চৎতুনা ঐনা খুরুমজরুগনি , খুল অসি থাদোক্কুনা চৎপাগী রাখলত্তু থনবীগন্থু— । ইচাম্নপা অঙাওবাত্তুনা তমজরুরিবাসিদি নখোইগী ম্যাট্রিক হায়বা অত্তু ফাওবাদনি— । ইবেম্মানা বুদ্ধি-লৌশিং থর তাক্ খোৎতুনা তম্বীরম্নগা মহক্না স্কুলগী মরমদা জ্ঞান থর

লৌশিনজবা ঙম্নব মতমদা ইবেম্মানা লেঙখিবা তারবদা ঐখোয়গী থম্মোয়দা পেন্দবা নিঙবা থুঙদব কয়া লৈহৌর-বস্সু, রানা রানা থাদোকপা ঙমজগনি ; অত্তনা মংম থরদঙগদি.........।

শান্তি :— ফরে থুড় ; ইপাগুম্বা থুডানা হায়বসিদা ঐন হিকতোক-চবস্ত ঙমজদে—অদুনা থা অল্লুমদঙগা লৈজরগে- মসি-দগীদি .......।

কোইরেঙ : -য়াম্ব য়াম্মনথরে ইচাসিদি - ! ইবেম্মানা থুঙং অসি-দগী সহরদা লেংখিবদা মুঙাইননবা থা অত্তম অসিগী মনুংদা লম্বী লমশাং অসি নুং থাবা লোইত্তুনা হরা চেন্নবা সর-কাবদা হায়জরুগনি ; ঐখোয় থুল পুম্নমক অরা অনা পুম্নমক থাদোক্কুনা ঐখোয়না ঙমজবা নোম্-শুত্তন পাঙ্গলগী মথৈদি সরকাবগী মতেঙ পাঙগনি—।(হিদাকপু থন্নগা ) থুড়া নরাহৈ তাবদ, মুঙাইবে- । মুঙাইরে - মুঙাইরে - । হায় ! নিপীমচা জামিনী—।

জামিনী :—( মনুংদগী ) পাজি— !

কোইরেঙ :- থাংজো অত্থু থরা পুখোরকউ,— ইরুজ ম ইথদিহৈদা মনিং ময়াগী অশোংবা নাপি-শিংনা থরা ইপা হায়দোক্লম গে— । কদায়—।(জামিনী মথুৎ নামনা থাংজো পাইদুনা মথুৎ নামনা ফ্রেম চনবা ফোটো অমা পাইত্তুন থোরকই )

জামিনী :- শে পাজি— ! ( থাংজো পিবা )

কোইরেঙ : কদাই—কদাই । ( থাংজো লোবগা ) হিদাকপু

ক ঙ ঙৱা লোইশিল্লু ইবেম্মা—। ( খোকখিবা ), জামিনী মানা ইল্লিবা ফি অঙ্গুপী ফিজিনা ফোটো অঙ নানখোক খোংতে কুনা শেঙদোকপা ) ( মপুঙ্গিং য়ারোবগী মাই- পোংদা শান্তিদ ফংলপ মমিংনা য়েবা )

শান্তি :—জামিনী ! ( জামিনী তাশিন্নদে ) জামিনী ! জামিনী, নংবু ননা পঙংশবাও – ? ( জামিনীনা থুমদে মমিংনা ম য়ে ) জামিনী !

জামিনী :—কৌরিরকপু ওঝা— ।

শান্তি : ( নে কুন ) বরি ! কৌরকপ্প হায়রা ! এন কৈদো- রবগে ?

জামিনী :—করিও তৌদে— ।

শান্তি :—অঙ্গদি ..... ?

জামিনী : মু শিদেনে ।

শান্তি : ( নোকুনা ) এবু মু শিদে হায়বা – ?

জামিনী : উম্—

শান্তি :—নখোয় থ্যাবক নইহে-নশিন ওখৌঙ্গনা লৈবিব এবু নংনা মুংশি ীদ্রিবদি করিগীনে ? এন করি অরানবা থবক তৌর গে— ?

জামিনী :—তৌদ ।

শান্তি :—এনা অরানবম্ম তৌদে ; নংবুস্ত এদি য়াম্না মুংশিন, মুনা তৌই অঙ্গগা নংনা এবু মু শিদে হায়রবদ করিগীনে—?

জামিনী : মঁ— ! এবু মুংশিনা মুনা তৌই কানা ।

হুংশিবহনা ওইরে— ঐবু থাদোক্তুন নংনা চৎলগনি হায়রিবদো— ?

শান্তি : ( নোক্তুনা ) নংবু থাদোক্তুনা চৎকনি হায়বগীদমক্তরা নঙা ঐবু হুংশিদে হায়রিবদি— ?

জামিনী : নৎত্তবদি— ।

শান্তি : ( নোক্তুনা ) ঐ চৎলরোইএ— ।

জামিনী :—হ — ওঝা— ?

শান্তি :—হুংশিবা মীবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্বা হৌনবরাও ?

জামিনী :—( হন্নাওনা ) খোইত্রেকো ওঝা— ?

শান্তি :—চৎলরোইএ— ।

জামিনী :— সত্য ?

শান্তি : সত্য ।

জামিনী :—বিদ্যাশাক্ষী ওঝা— ?

শান্তি :— নোক্তুনা ) হোইনে— ।

জামিনী :—সাবাশ— ।

শান্তি : হৌজিক্তি ঐবু হুংশিরবরা— ?

জামিনী :—তৌজিকপুদি হুংশিদবদি— ।

শান্তি : জামিনী নঙনা পাকৎলিব কোটোঙদি কনাগীনো — ?

জামিনী : ঐগোয়গী তাচৌশীনি— । নহানমুক মহাক্না লাক্লগদা সহরদগী নম্মকপনি হায়হনা থনখনি ।

শান্তি :—কদাইৎ, ঐ অমুক্তা য়েঙগে— ( কোটো পোঙনা য়েঙলগা ) নহানমখেদি কদাইদা থম্মুক ? অমুক্তা উদেনা — ।

জামিনী :—উপু উগু দা থম্বা—। ৺সি তাচৌ লাক্লগনি হায়স্থনা শেংদোকপীরিবা—। ওঝা, ঐখোয়গী তাচৌত্ত মশক ফজদরা—? (শান্তি খুমদবা ; ফোটো য়েংত্থনা লৈবা) ফজদরা—ফজবরা হায়ব্রুনে ওঝা—?

শান্তি :—নখোয়গী তাচৌ অসিদি থিব্রেদা জামিনী—।

জামিনী :—মচিন থিরিবসে—। হায়ও ওঝা—ফজবরা হায়বা ?

শান্তি :—হোয—হোয়—য়াম্না ফজে—। (সুর্য্যনা মাং থাত্থনা স্নাজাও চগুলকই চপ লেপ্তুনা ডাংনবত্থ তাত্থনা লৈ) নখোয়গী তাচৌ অসিদি অসুব্বী মতিক ফজে মত্থদি মিৎকম হোঙবা য়াদ্রে—। ফরবরা—?

জামিনী : বেশ—অত্থম হায়য়ুদনা ওঝা—। (মবুং সুর্য্যবু উবা) হাইমা,—তাচৌ নও লাক্লবরা ? (শান্তিনা ফোটো অত্থ টেবীলদা থম্বা)

সুর্য্য : -লাক্লেদনা—। মচলবু কোনবীবা ) স্নাজাও, বেন্তীত্থ থম্বারম্মো — য়ারনি—। (স্নাজাও বেন্তীত্থ মচি অমদা থম্বা)

স্নাজাও :—অদুদি ঐ চৎলগে,—হোরেল অমুক উনশি ।

সুর্য্য :—ফরে —। (স্নাজাও থোকখিবা)

জামিনী :—তাচৌ, অসে ঐখোয়গী ওঝানি।

সুর্য্য :—নমস্তে—। ওঝা—। (ভক্তি তৌবা)

শান্তি :—নমস্তে—। (ভক্তি তৌবা)

সুর্য্য : —ঈ-পাও তাজবদা য়াম্না নুংঙাইজরে—। ওঝাখোয়গী

ম৺ালদগী খুঙ্গং অসি য়াম্না শেমগৎ শাগৎপিরম্মে ! মসিগী-
দমক্তা করিনা তৌবমল্ল লমল উৎচগনি ।

শান্তি :—অদোমগী থম্মোয়দা খজিক্কুং পেনবীবগী মঙাল উবা
ফঙজরিবসিনা ঐগী অপেনবা ওইজরে । নত্তে, লাইরিকপু
মথা অমুক…… ।

সূর্য্য :—হোয় খনদি খনজরি । অত্তবু সহরদগী থাপ্লবা কাচিল
অমদা পোকলুবনা ইহৈ তথস্ত য়াহৌ খরা থেঙখরে—।
হৌজিক্তা ম্যাট্রিক পাশ তৌজরি ; ওঝাখোযদি সহবগী
ময়োলদা পোকপনিনা লাইবক ফবনিনা নিপীমক ওইর-
বস্ত মতম চানা B. A. পাশ তৌবীরেদো— ।

শান্তি :—মতৃগীদমক্তদি করিমত্তা নিংঙমদবা পোকপিরুগন্ত—। মথা
তম্বু তমথবীরবদি B. A. দা নত্তে—M. A. L L. B.
ফাওবা তমদা খঙহৌরোইদবনি—ঙক্তা মতমদি হৌখি-
গনি— ।

সূর্য্য :—হোয় আশাদি তৌজরি - । অত্তবু খঙদেদকো—লাইবক্তা
করি তমলিগবা— । ( টেবীলদগী ফোটোত্ত লৌরগা )
ঐগী ফোটোসিদি কনান'…… ?

জামিনী :—ঐনা শেংদোকপিগে হায়তনা ঙসি উপু মস্তুংদগী
পুথোকপিরকপনি— ।

সূর্য্য :—নংনরা—?

জামিনী :—মানি - ! অ অত্তগা তাচৌ নংগী ফোটোসে ওঝান
য়াম্না ফজৈ হায়বনি— । ( সূর্য্য নোকচবা )

শান্তি :—( ইকাইদুনা ) হায়মা ! ঐনা কদায়দা হায়রিব জামিনী ?

জামিনী :—ওঝানা হায়বছদি ? ঙ্কেংবগী পেনবগু নাইদে হায়বদো ?

শান্তি :—কৈনোনে,—মশিবো— ?

জামিনী :—হায়বছদি ওঝা—। সত্য তাচৌ, ওঝানা নংবু কৈজ হায়রদি—। ( শান্তিগা সুর্থাগা নোকনা য়েংনবা ) এ এ—ঐখোয়গী তাচৌগু ফজৈ হায়বাদগী হৌরাওরে ! ( অমা হায়কেং ইকাইদুনা মমাই নৈখোকপা. শান্তিদি জামিনীগা মতৌ উন্দা নোকচবা )

## লাইট ওফ

# মরিশুবা উৎপা

## লম্বী

মফম :—অচিকপা ; মোংশোং অমম্ব নৈ। মতম : সন্ধ্যা ( তোম্বু মেড়া—প্যাখং অমগা মখুংতা চৈতুপ পাংনা পোয়রকই ; মাখোয় অহুম্মক ফিমু শেংলি ; শিমুনা মখদাং লাকই )

তোম্বু :—মেড়া— ।

মেড়া : খুড়া – ।

তোলমু ঃ—মহাকপু ওসি অয়ুকতি লাকখিদ্রিকো ?

মেড়া ঃ—ওসিদি শোয়দনা থুংলগনি হায়বনি। অতুবু অয়ুকতি লাকত্রে হায়বসিদি ঐ তশেংতা খংলে ;

মেড়া ঃ—ভাই, নং পোপ হেক্তা থারগা চেনখিগদবনি।

পাখং ঃ—( যু-গী নেশাদা তাওবগী মওংদা ) পোপ থাবা নত্তে, পাক থাগদবনি ; ভাইনা অতুক যজনা পিজ-পিণক তৌ-রগবু ভাইগী থবক্তবু ঐনা অমুক নিংহন্নরুখিগদরাও— ? মথল্লাই লৌ হায়রবস্ল লোথোকপিগে— ।

মেড়া ঃ—নত্তে,—ভাইগী হকচাংতুবু পুরা গরম ওইরবরাও— ? খরদংগা...... ?

পাখং ঃ—ভাই, চপ চারে— । হকচাং অসি হলিন চপচানা লৈরে— । অতুবু ভাই, কনানোনে মীশক অতুবু— ?

মেড়া ঃ—ভাই ঐসু মশক খঙদে ; ঐখোয়গী খুড়া অসিগী য়েক্ল বসি হায়— ।

পাখং ঃ—খুড়া,—কনানোনে—খুড়াগী য়েক্লবতুবু— ?

তোলমু ঃ—হবুত্তো খুড়া হেক্তা তাকচগে—লাকতা লাকখিশনু। ঐনা খুদোনবী থিন্দুনা অসিনি হেক হায়বদা হবুত্তোগী তৌফম থোকপদো—পোপ হেক্তা থাবিয়ু। শে, লুপা ১০ সিগা পাহশিল্লু— ।

পাখং ঃ—খুড়া, মী অমা ফুবগীদমক্তবু যাম্না তৌবীরেদা। ( শেল লৌবা ) নিঙাইদনা লৈরাঁয়ু লাকতা লাকশনু মীশক অসিনি হায়ব তাকতা তাকপিয়ু -!

মেড়া :—খুড়া,—অস্রিদা লাকইবসি য়েংবীয়্র—।

তোলমু :—( য়েংলগা ) শোইদ্রে,—ওটবা তারে—।

মেড়া : অংতদি মোঙশোং অসুরাইদা থুপত্তুনা লৈরশি। লাও—ভাই—। ( মাথোয় অহুম্মক মোঙশোং মরুমদা থুপ্তুনা লৈবা ; বসন্ত শউনগী উপু পিশক অমা পায়তুনা লাকই ; মোঙশোং মপা হেক য়োৌবদা—পাখং অত্তুনা মোংশোং মরক্তগী হোৌগংলক্লগা তুংদগী লুশমদা বসন্তবু চৈনা ফুবা—; বসন্তনা "আ" হায়তুনা মকোক ভাওতুনা হাটরং হাটরং তৌতনা মথুংতগী উপু থাদবা—অমুকসু পাখং অত্তুনা চৈনা মকোকতা থাব—; বসন্ত মোঙশোং ময়াদা তুখিবা ; তোলমুগা—মেড়াগা হোৌগংলকপা ) ভাই—চংলো—য়ারে—।

পাখং :—ভাই, অমুক্তা থারমথোবা—?

মেড়া :—য়ারনি—চংলো—।

পাখং : অত্তুদি চংলে ভাই—। খুড়া, নিংবা থুংবিরেদনা—? ঐ চংলে—হ...হ...হ...( ভাওতুনা চংখিবা ) ( মেড়ানা চঙশিন্দুনা বসন্তগী মশা পূন্নমক পাই খোং খোংতুনা য়েংবা )

মেড়া :—খুড়া—য়াওদেবো—।

বসন্ত :—কনা—কনা—নো—? ক—না—নো—?

তোলমু :—( শউনগী উপুতু য়েংলত্তুনা তাপ পাইরগা ) হায়—লৈরে—অসিদা—।

মেড়া :—হা— ?

বসন্ত :—কনা—কনানো— ? (মচোক খরা কাইবগী ঈ খরা তৈত্তুনা হৌগৎলকপা)

তোলমু :—লৈরে,—লাকওনে। (চেনখিবা মেড়াস্তু ইমখিবা)

বসন্ত :—অপুঙবা রাখল থেনবো কনা কনানো ? নখোয়না হুতুনা পৃথিবী লুপা অদে খুল অসিগী মরলনি। খুল অসিগী মরলদি নখোয় নশা নশাগীনি; নশামী নশাখু নশানা হুতুনা পুজরি—। অপঙবশা নখোয়না অসি পুথীবা লুপ্পা ৭০০ মতুংদমক্তদি করিগু লৈরে—হৌনা রাবীরিবা তুভাইত্রিবদি নখোয়গী অপণবা থমোয়না লৌশিংগী থাওমৈ থাদুনা করম্না হুমিং থাদনা চাওরাৎপ্রী নশা উবা কওগদগে —অসিতনি—হৌনা থনবা হায়রবু—।

লাইট ওফ

———

# মঙাশুবা উৎপা

## য়ুম ( তোলমুগী )

মফম ঃ—মাঙ্গোল মতম ঃ—অয়ুক

( রাধে উখোকতেনদা ভাহুনা রাখল তৌত্থনা লেপতুনা লৈরম্মী ; রাধে য়েংবদা মশা অত্থু য়াম্না শোকনা উরে ; শান্তি ফিঙলপ চঙলকই )

রাধে ঃ—ওঝা, করি খবঙীনো— ?

শান্তি ঃ—রাধে, নং নশা করম তৌরি ? থর মুঙাইরবরা ?

রাধে ঃ—ওঝা, ঐগী হকচাং অসি মুঙাইফম মুকখং খঙদে—হায়ফম খঙদেদা ওঝা— ।

শান্তিঃ—ঙসি মরি মঙানি শুরে—নংনা ঙমদে হায়ত্থনা য়ুমদগী মপাল থোকত্রিবা— ! নত্তে, করি ওইনা ঙমদ্রিবনোনে ?

রাধে ঃ—ওঝা, ঐগীসি হকচাং ঙমদবগী মথক্তা ঐখোয়গী পাজিগা ঐগা রাখল তিন্নদবসিদা—মসিনা ঐঙোন্দা মুঙাইতবা অমা ওইরে— ।

শান্তি ঃ—নং পাও অমা তারবরা— ?

রাধে ঃ—করি পাওনো— ?

শান্তি ঃ—ডাক্তর বসন্তনা খুলগী পুম্রী তৌবগী লুপা লোৌগনি হায়ত্থনা চৎখিবত্থবু ওন্থোকপা থৌদোক অমা থোকলে— ।

রাধে ঃ—ওঝা করি তৌরবগে— ?

শান্তি ঃ—ঙরাংত্থ লুপাত্থ পুত্থনা লাকপদা লম্বী লমথাঙদা মুলহৌরে হায় — ।

রাধে ঃ—করি হায়বা ওঝা— ?

শান্তি ঃ—অচুম্বনি ; চুম্না শেল মুলহৌবত নৎতনা ডাক্তর বাবুহু মকোকতম্নু শোবলে—। মাঙখিবা লুপা অহুগীদমক্তা হৌজিক খুল মীয়াম পুম্নমক মিটিন আমা তোগদৌরি—। নং নশা ওম্মম্নবদি নহাক্তু মিটিন অমদা চৎলুশি হায়ুহুনা। হৌগে লাকপনি—। অহুবু নঙদি ঙঃ দ্রবনিনা ঐ চৎলগে (চৎকে তৌ'-া)

রাধে ঃ—ওঝা, রা অমত্তা......।

শান্তি ঃ—করি হায়গে ?

রাধে ঃ মাংখিবা শেল অসিগীদমক্তা ডাক্তরবাবুবু খুলগী মীনা চিংনরিবরা —?

শান্তি ঃ—ডাক্তরবাবুগী পুকচেল'দ মী পুংমকা খঙনিনা। অহানব-দদি কনাগুম্বা অমত্তনা চিনরমদে হৌজিক্তি......।

রাধে ঃ—কৈদোৱা ওঝা ?

শান্তি ঃ—রাধে নঙোন্দা রা অসি ঐ তমলি দরে মরমদি নন. তাবহুম্ন কয়া মু ভাইররোই—অহুগা যজবা রাফমম্নু থোক-ত্রে—। ঐ চৎলগে—।

রাধে ঃ—ওঝা, ঐগী মুভাইবা মুভাইতবগী মরমদা করিমত্ত খনবী-গম্নু—। র মখাক থম্বীহুনা ঐবু চিংনবা আমমুং মুভনাডবা পোকহনবীগম্নু—।

শান্তি ঃ—অহুদি হায়রম্নগে তারো—নখোয়গী পাজিগী থৌহন-শিন্দগী মী ং রনা ডাক্তরগী মথক্তা রা য়াম্না ভাঙলে—।

অশুম্না মাখোয় খরনা হায়রি—হৌদোকপা মুংপা য়াবা শেনফমদি নংতে হায়ববু লুপা অমা হুরানবশু—চামা হুরানবশু—হুরানবগী হুরানবা থবক অতুদি চপ মানৈ,—অসিগুম্বা অথিবা খোল কয়ানা ডাক্তরবু চৈ-খাওহুনা লাওহৌরি—। খুলগী মী পুন্নমক্কী থম্মোয়দা ইরাং হৌহনবা মখোয় খরনা ডাক্তর বসন্তবু মপুকচেল চুমদবা মীনি হায়হুনা খুল অসিদগী চংথিনবা হায়তুনা অকনবা খোল-লাওনা লাওহৌরি—। ইরাং তৌহল্লিবা মখোয় খরা অসিগী লুচিংবদি নখোয়গী পাজিনি ; ( মতম অসিদা মেড়া যুগী নেশাদা পুড় ভাওতুনা চংলকপা ) রাধে, তৌ-রিবা ইরা' অসে থুঙ্গং অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা অমাংবা নংতনা করিশু ওইরোই —। ( চংলগে হায়তুনা লৈথো-রকপদা মেড়াবু উব —; মেড়াবু শাওনা য়েংলম্লগা চংথিবা )

মেড়া :—( শাস্তিন চংথিবা মাইকৈদা য়েংলুরগা ) রাধে, চান্ন-থোইরবী—নংগী ওঝা ইবেম্মা শকফজবী অসিনা এইভোন্দা শাওনা য়েংলম্লগা চংথ্রীবা অসিবু এৈনা মাভোন্দা করি তৌজররে হায়বগে— ? ( রাধে খুমদবা ) রাধে, নংনা রা মচেৎ অমত্তা ভাংদনা তুম্মীননা লৈরিবদি করি তৌরে ? ( চংশিল্লকপা ) হায়ও—শে—এৈভোন্দা হায়ও—।

রাধে :—তা মেড় —এৈভোন্দা ওৎলগনু—থুনা চংখ্রো।

মেড়া :—(মঙক হায়রতুনা) হুম—হুম—। অতুম হায়বা হৌনদে—।

নংবু ঙুঙশিনা হায়বা শকপা অসিবু নঙোন্দা ওৎপা থোক্ল-
বরা — ? হায়ও, শক ফজবী, নঙগী করি রাৎপগে— ?
খঙঙ্, ঐ হৌজিক শেল য়াম্না পাইরবনি— । ঐনা ননিং
থুংহনগনি— ।

রাধে :—করি ! নংবু শেল পাইরে হায়বা— ?

মেড়া :—নং খংদ্রিবোইরে— ? নংগা ঐগা লুহোংনবগীদমক্তা ঐ
শেল য়াম্না তাল্লুরবনি— ।

রাধে :– নংগা ঐগা লুহোংবা— ?

মেড়া :—উম, নংগী পাজিনা হায়—নংগী পাজিগী থবক অমা হেক
পাঙথোকপদা নঙগা ঐগা লুহোংগনি হায়না— । থবক
অদো ঐনা ঙরাং পাংথোকপিখরে— । নখোয়গী পাজিগী
উপু মচুংদা শেলগী বোড়া অমা লৈবনি— । মদো ঐনা
ফংহনবীবনি— ।

রাধে :—অচুম্বরা— ?

মেড়া :—ঐনা নঙোন্দবু মীনম্ব হায়গদ্রা ? নখোয়গী পাজিনা
হায়—শেল অদো তংখাই য়েন্নশি হায়না— । অচুবু
ঐগীদি খম্মোয়গী মনি নংবু ফংলবদা শেলগী দরকার লৈতে
হায়না— ।

রাধে :—কদাইদগী শেলনো ঐখোয়গী পাজিনা ফংলুরিবদি — ?

মেড়া :—ডাক্তর বসন্তনা......নত্তে—নত্তে— । নখোয়গী পাজি
কদাইদা চৎখরে— ? ঐ লুহোংবগী ঙমিৎ লৌবা লাক্লি-
বনি— । ( রাধে রাখল তোই ) হায়ও—রাধে, নঙগী

পাজি—ঐগী ইকুবোক মুংশিবদো কদাইদা চংখ্রবগে—?

রাধে ঃ—তা মেড়া, নঙাক ঐখোয়গী পাজি থিরু চংলু।

মেড়া ঃ—ঐবু দরুচো! পাজি লৈতে হায়বা—।

রাধে ঃ—হোয়—, নং থরা থিরুচো—।

মেরা ঃ—নং ঐগা লুহোংবা য়ারেদনা—?

রাধে ঃ পাজিনা য়ারবা নংত্রাও!

মেড়া ঃ—চুম্মী; ইকুবোকনদি য়ারবনে—। অদুদি ঐ ইকুবোক থিরুখিগে—ঐ চংলে রাধে—। (হাইরং হাইরং খোকখিব; রাধে রাখল তৌদুনা লৈহৌই)

## লাইট ওফ

## তরুকশুবা উৎপা

### য়ুম (কোইরেঙগী)

মফম ঃ—মাঙ্গল মতম ঃ অয়ুক

কোইরেঙ, যাদব, দুর্গা, স্নাজাও, মাইপাক, তেম্বা মরাইলুনপন্থনা তুম্মীন্না ফমদুনা লৈরম্মী; ডাক্তর বসন্ত মপোক্তা বেন্দেজ যেৎতুনা লেপতুনা লৈরম্মী—। শান্তি-গ মিনাসু বসন্তগী মনাক্তা লেপম্মী--, নাকল অমরোমদা তোঙ্গমু অমত্তুং পাথং ২/৩ গা অহল ১/২ গ শাওনা যমদুনা লৈরম্মী;

শিঙলবদা খুলগী করি অমাংবা — করি অকায়বা লৈরিবগে— ?

তোলমু :— মীগী মপোৎ হুরাল্লুরগা — হুরাল্লুবা পো- অহু অমুক শিংলগে হায়রগা হুরানবা মী অহুগী মরাল হেক্তা কোক লগদ্রা — ? মরাল অহুগী দণ্ডি খরদি ফঙবা তাই—।

কোইরেঙ :—করি দণ্ডি পীনিংঙাই লৈবগে—?

তোলমু :— খুলগী মীনা চিংনবা মপুকচেল চুমদবা মী অসিবু খুলদগী চৎহনখিবা নত্রগা মাগী থবক্তা খুলনা সরকারদা রাকৎচে পীবা—অসিনি ঐখোয়না পাম্বদি— !

কোইরেঙ :—অহু ওইরবদি খুলগী লুচিঙবা অমা ওইনা ঐ রা খরদং হায়রগে—ঐগী রা অমুক তারো—হন্দক থোক্লিবা থোঁদোক অসে ঐনা থোকহনবনি—। মরমদি লুপা অসি ঐনা চৎত্নুনা লৌরুফম থোকপনি—মহুদা ঐনা ডাক্তরবাবু অসিবু নেকচহুনা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা চৎপনি—। ঐনা চৎলম্বা থোক্রবদি ডাক্তরবাবুদা তারিবা দষা অসে ঐঙোন্দা তারম্লোই হায়বসু হায়নিঙাই লৈতে—। রাফম অসিদা খুলগী পেম্লনবা ডাক্তরবাবুনা য়াফম থোকপা শরুক অদো ঐনা য়াফম থোক্লে— ।

বসন্ত :—খুড়া—।

কোইরেঙ :—তুমিন লৈয়ু ইবুঙো—। শেল শিঙবা তারে ঐনা শিঙগনি—। খুঙ্গংগী ওইবা শেল অসি ঐনা খুদক্তা পুখোক্লুনা পিব৷ ঙমদ্রে — মতিকচাবা মাল-চাং ওইনা

লাইরিক ইংনা পীগনি—। শেল শিঙবতনা পামদে অরানবগী দণ্ডি ফঙবা তাই হায়রবস্তু ঐগী ইথকতা সরকারদা রাকৎ-চে পীবা য়াগনি — নত্রগা ঐবু থুল অসিদগী তাম্হোকপিবা য়াগনি মহাগীদমক্ত ঐনা হরাওনা মাইরোং য়ারি— ।

সূর্য্য ঃ—নত্তে, হৌজিক ডাক্তরবাবু অসিবু পুকচেল চুমদে হায়না চিনবীরিবা ইচিল-ইনাও পুম্নমক, মুন্না রাখল অমুক্তা তৌবিয়ু,—ডাক্তরবাবু অসিনা থুলগী লুপা অহু লোগে, মাঙহনগে হায়না থল্লবদি থুল অসিদা অমুক হল্লক্লমগদরা ? লাইরবা ঐখোয়দদি য়াম্না থল্লবস্তু হুঙাই য়াইফবা মীগী মফমদদি করিস্তু লৈতবা লুপা খরগীদমক সরকারগী থবক তৌরিবা ডাক্তরবাবুগুম্বা নিপা অসিনা মশাগী ইজৎ মাংননবা অহুগুম্বা তুক্কংচবা থবকপু তৌরম্বা হৌনবরা— ? ঐনা চাওথোক্লা হায়বা ওম্মী—ডাক্তরবাবুনা লোবা নত্তে মাঙহনগে হায়না মাঙহনবা নত্তে—। ঐখোয়গী থুল অসিদা মশাগী ওইজবতা য়েংবা — সমাজগী য়েংদবা সমাজগী থবক্তা অপনবা অকায়বা পীবা পুকচেল পিক্লবা —মী খরা লৈ মখোয় অহুনা শোয়দনা ওইরমগনি—।

মাইপাক ঃ—চুম্মী ঐখোয়স্তু য়ানিংই—। ডাক্তরবাবুনা অসিগুম্বা থবক তৌরমগনি হায়বদি ঐখোয় শুকথা থাজদে—। ডাক্তরবাবুগী মথক্তা ঐখোয়না থাজবা থম্লগা,--ডাক্তরবাবুগী মথুত্তগী লুপা লাকহোবিবা শাগী লিচৎ চৎপা মখোয়শিং

অতুবু ফাননবা মরি মথোং থিবনা ঐথোয়গী খুল মীয়ামগী তৌগদবা ইথৌনি—।

বোইবেও ঃ—মাইপাক, ন না ঙাংলিবদো অরেপ্পনি ; মীগী অশোইবা অহোবা খজিক্কং উবদা ময়াম চঙতুনা অশোইবা—অহোব অতু মেনবীবগী রাখলগুদি লৈনখিদ্রে—খজিক্কং অশোইবা—অহোবা উবদা য়োৎপাক পায়ত্তুনা তোখাইগদবগী হোৎনবমক্কু ওাইংরে-। মবম অতুন সমাজগী ঙেইবা থবক খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎশদা অপনবা থিনগইংবা কনা থো'ক্লবনি—। কানদে, মসিগী মরমদা ঐগীসিদ মরক মীটিন তৌতুনা মতম শাংনা মা হল্লুবগী থোইনা কানবা লৈতে। ওসি তিম্লিবা মীটিন অসিগুম্না সমাজগী ওইবা থবক লম্বী থোং শেম্বদ মী অমত্তা চিথদনা তিনর্বারগা শোক্লবদি মী খুদিংমক্না মরা তানিংলমগদবনি—। ঐগী অশোইবা রাদি—মাংখ্রিবা লুপা অসিগীদমক্তা ডাক্তর বাবুগা মরা লৈনরোই—। শিবা তারে ঐনা শিংগনি—সহরদা সরকারগী মথক্ত রাকৎপা তারে ঐগী হৃৎক্তা রাকৎপিয়ু—খুল অসিদগী তাম্থোকপা তারে ঐবু তাম্থোকপিয়ু—।

বসন্ত ঃ নত্তে নত্তে—খুড়া, খুড়ানা অতুম্না তাকপিগন্তু—। খুড়'না খুল অসিগী মীয়ামগী লুচিংবনি— ; লুচিংব হায়বা ওয়রবদি ময়াম্ন য়ানবা চংশীগদবনি- ময়াম্না য়াবা ময়ামনা থাজব মী অদুনা লুচিংলগা খুঙ্গগী থবক পূম্নমক্তা

চাওখৎকদবনি—। ঐ অমগীদমক্তা খুড়াগা মীয়ামগা পুকচেল খোইজেল তিন্নদবা অমদি খুড়াগী মক্তমদা ময়ামগী থাজবা শরুক অহু মাংহনবীগনু—।

কোইরেঙ :- নত্তে—নত্তে—ইবুঙো ঐ অমদি থুঙ্গংগী দমক্তনি হায়-তুনা নহাকপুম্বা পুকচেল চাওরবা-সমাজগী থবক্তা থরাই য়াওবা নহাক্কী মিংচৎ মাংহনবদি অহল ওইরবা খুড়াগী থম্মোয়না ওমজরোই—।

বসন্ত :—নত্তে খুড়া, লমলাম্বা—অতোপ্পা ঐ অমনা মরম ওইতুনা থুঙ্গং অসিগী ইপা-ইপল ইচিল-ইনাও ময়াম পুন্নমকপু মচেৎ মচেৎ তানহনবা কাইনহনবা ঐ পামজদে—। অতুম তৌরবদি অম্বুক রানা শেমগৎ-শাগৎলক্লবা থুঙ্গং অসি, ময়াম্না মচেৎ-মচেৎ তানবগুম থুঙ্গং অসিসু মচেৎ-মচেৎ তাতুনা কাইখিবা তারে—। ঐনা পামজবদি—ঐগী থম্মোয় শেংলবা রা অসি থাজবীদতুনা ময়ামগী খোল্লাওদগী ঐগী ইরাল ঐনা লৌবা তারবসু থুঙ্গং অসিগী মীয়াম পুন্নমক্কা অমত্তা ওইনা লৈহৌতুনা চাওখৎপগী লম্বাদ। অরেপ্পা লৈতনা চৎথহৌবা মতুতনি ঐনা পামজবা—। অতুনা হৌজিক খুল অসিগী মীয়াম পুন্নমক্তা ঐনা হায়জগদবদি মাংখিবা শেল অসিসু ঐনা শিংজগনি—অতুগা ময়াম্না পুকচেল মাওঙি হায়না পাম্বীরবা ঐ অসে থুঙ্গং অসিদগী চৎচখিগে—!

কোইরেঙ :—ইবুঙো—!

বসন্ত ঃ—ঐ চৎখিবন ময়ামগী খুঙ্গংগী অপেনবা ওইগদবা লৈরবদি ঐ চৎচখিগে—। মরমদি খুঙ্গংগী অপেনবন ঐগীস্ু অপেনবনি—।

তোলমু ঃ—অঁ—মঙ্ ওইরবদি ঐহৌয় য়ারে—। ঙসিমক হৌজিকমক-নহাক খুঙ্গং অসি থাদোকপা পাম্মী।

কোইরেঙ ঃ—নত্তে-নত্তে—ডাক্তর বাবুনা খুঙ্গং অসি থাদোক্নুনা চৎখিবা মতুংতা ঐ অমনা খুঙ্গং অসি থাদোক্নুনা চৎখিবনা খুঙ্গংগী অমদি ময়ামগী অফবা ওইগনি; মরমদি লুচি বীবা ডাক্তর বাবুনা লৈত্রবদা মতুংইনজবা ঐখোয়না চাওখৎপা লম্বীগী পমথুংফম য়োনা চৎপা ওইথোক্কনি—

( রাধে শউনগী উপু পাইদুনা চংকই )

মাপাক ঃ—ঐগী মোটতি ডাক্তরবাবুস্ু-খুড়া কোইরেঙস্ু অনিমক অমত্তা খুঙ্গং অসি থাদোক্নুনা চৎখিবা পামদে--

রাধে ঃ—মানি; ডাক্তরবাবুস্ু খুড়া কোইরেঙস্ু অনিমক খুঙ্গং থাদোক্নুনা চৎপা য়ারোই—। খুঙ্গং অসি থাদোক্নুনা চৎকদবা—সমাজগী মরল হুরানবা—মশাগী মরল মশানা হুরানবা পুকচেল পিক্লবা শাদগীস্ু হেন্না তোনবা মীশক অমা লৈ—। ( ময়াম পুম্নমক পুমঙক ঙকপা, তোলমু রাধেনা পাইরকপা শউন উপুদু উবদা খাঙ—লাওবা—মশাদা চেল্লিংবা পোকপা )

শান্তি ঃ—হায়য়ু রাধে, শাদগীস্ু হেনন তোনবা মীশক অদু বনানো হায়য়ু—।

রাধে ঃ—হায়গনি ওঝা—। ( শউন উপু অহু টেবীল মথক্তা থম্বা, বসন্তনা ঙক্কা উপু হাংদোক্তুনা য়েংবা )

শান্তি ঃ—হায়যু রাধে- কনানে মীশক অদে'—।

রাধে ঃ—( তোলমুদা চিংনা য়েংবা ; তোলমু মমাই পুবা ঙমদনা লুকথখিবা ; মপাগী মতৌ উবদা ) সমাজগী মরল হুরানবা থুঙ্গংগী ফংতনবা শিনবা মীশক অদো ঐনি—।

শান্তি ঃ—( ঙরা ) রাধে—! ( ময়াম পূন্নমক পু।ঙক ঙকপা—তোলমু মচাগী পুকচেল চাউবৎ উবদা মপুক্কিং ওল্লকপা )

রাধে ঃ—ঐনি হাযবদা ময়াম্না ঙবপিরগা যাই—অদুবু ঙকপিগন্নু। মরমদি অঙাংন যুম মৈ থাবা চাকতে হায়বা রা লৈতবনি। অকিবগী মশক ফংল্লবা থোঁদোক অসে নিংবু নিংলবদি ঐনন্নু পাংথোকপা ঙম্মী—। মরমদি শন' লপাদা মীহৌবী নিপীগী মপোক্তা পোক্লবী—মীহৌচাউবী ঐনি—।

শান্তি ঃ রাধে, নংগী রাসিদি ঐচোন্দদি মংগুম্না থোকলে ; নংনা অহুম তোগনি হায়বা ঐনা থাজবা ঙমদে ; নংনা হুরাননা ইমিংমক্লা উববসু নংনা হুদে হায়গনি—। শেংনা হায়যু রাধে, লুপা হাপ্পা শউনগী উপু অসি নহাক কদাইদগী ফংলুই ?

রাধে ঃ—ওঝা, মহু হংলুবগী কানবা কৈতে ; ময়াম্না থংবিগদবদি ঐ অসি হুরানবীনি—। ফংফম থোকপা দগিু ঐনা ফংজগনি—। ময়ামগী রারেপ মতুংইন্না থুল অসিদগী

থাদোক্নুনা চৎনা তারে—ঐ থাদোকচগনি—। লাইবকথিবী অমা ওইবনা খুঙ্গং অসিগী চাওখৎপগী অনৌবা অয়ুক অহু ইমিৎ অসিনা উজবা ফংঙু হায়না তম্মমগ্রমাল্লে।

শান্তি :—নংগী ৱাশিং অদো ঐগী থম্মোয়না য়াবা ঙমদে—। নংনা তাকত্রবস্ু ঐনা খংননবা তানগনি; (তোলমুগী মনাক্তা চংঙক্লগা) খুড়া, শেংনা হায়বীয় থুপ্পীগনু—শউনগী উপু অসি রাধেনা কদাইদগী ফংলিবনো—? রাধেনা মশান' য়ানা হুরানবীনি হায়না চোংথোক্লবদি ময়ামগী ৱারেপ মতুংইন্না ময়ুম পানত্রিবী খুঙ্গং অসিগী লৈশাবী অমা ফংতবা মীংচংকা লোইননা খুঙ্গং অসি থাদোক্নুনা চৎথিবা তারে—। মঙনা চাননা থোকপা তারবদি মহাক্কী পুন্সিদি শিথিবনা শরুক চানা হেননা ফৈ—। খুড়া, নহাক্তি ফরবস্ু ফংত্রবস্ু রাধেবু পোকপা মপানি—মপা অনা ওইরগা মচাগী ইজ্জৎ ঙাকপিরোইদরা—? রাধেনা লোৎতুনা থমলিবা ৱাফম অসি খুড়া নংদি শোইদনা থংফম থোকই—। শউন উপু লুপা হাপ্লসে—মহাক্না কদাইদগী ফংলুই—? থংলবদি খুড়া হায়বিয়ু—!

তোলমু :—(পুকচেল ওল্লক্নুনা) খুড়া থংঙি—খুড়ানা হায়গনি—। মচানদি মপা মুংশিবগী অশেংবা প্রেম মশক থংলগা—মপানদি মচাবু করিগী মুংশিল্লোই—! শউন উপু অসে ঐগী উপু মমুংদগীনি—। লুপা হাপ্পা শউন উপু অসে ঐনা ঐগী উপু মমুংদা থম্বনি।

ময়াম ঃ—( ওক্না ) করি হায়গা— !

তোলমু ঃ—ময়াম পুম্নমক ওকপিগন্নু— । মপা ঐগী ইজৎ ঙাক্নন-বগীদমক রাধেনা অরানবা শরুক য়ারবনি ; লিননা মথুল চংঙমদাইদা চুম্মী হায়বগুম ইরালনা ইপোৎ ফারবা ঐনা ময়ামগী মফমদা লানথিবা পুম্নক থ হনজগনি ; খুঙ্গংগী শেমগৎ-শাগৎপদা ঐনা পাম্মোইদবগী মরম করি লেবগে ? অতুবু ঐনা ইশাগী ওইজবা খবা যেংলুবদগী ডাক্তরবাবু ইবুঙো অসিবু ঐনা যরুবা ও না লৌরুরে—। ডাক্তরবাবু লৈবদগী ঐনা মাংবা শাবদা শেল ফংবা নাংলে হায়দুনা ডাক্তরবাবু অসিতা চৎশিনবা হায়দুনা ম চেল ফৎত্রবা, সমাওগী থবকপু মশক ংদবা ঐনা লা থাকলুবনি— অতুব ইশানা থাকপা লা দা কশানা থুজ্রবে— । ( মতম অসিদা মেড়া য়ুগী নেশাদা চংঙকই )

মেড়া ঃ- খুড়া - তোলমু—করি তৌরি—চৎশি— । নংগী নচা রাধেন নংবু লাকও হায়রকই —

তোলমু ঃ—চৎশি ; মেড়া, নং নশানা থাকলুবা লা দা নংসু থুররবনি— । ঐখোয় অনি চৎলগদবনি অতুবু নং—ঐনা চৎকদবা মফমদি কদাইদনো খংলবরা— ? খুঙ্গং অসিগী রাংম — । ঙসি ময়াম পুম্নমক্না শংনিমু—খুল অসিগী শেমগৎ শাগৎপদা নহানমথৈ অপনবা পিনি , লম্বী অথেনবা য়াংখায়বা,—ময়ামগী থবক্তগী মী ।চংথোক্নবা হোৎনবা,—ডাক্তরবাবুগী মকোক থুগাইদনা খুঙ্গংগী মী-য়ামগী লুপাবু হুরানবা—ঐখোয় অনিগী থৌরাং ঙাক্তনি ।

হৌজিক ইরালগী মতুংইন্না মযাম্না পিবীবা দগ্তি অদো ঐখোযনা হুরাওনা যাজগনি— ।

ময়াম ঃ— রারেপকী মতুংইন্না ভু-গী মশক ওইরবা নখোয অনিমক থুঙ্গং অসি থাদোক্তুনা চৎকদবনি -। ঙসিমক্ চৎকদবনি— ।

তোলমু ঃ—মঙ্গনা মযাম্না পিবীবা দগ্তি ওইববদি ঙসিমক নংতে হৌজিকমক হবাওনা চৎচগনি— ।

মযাম ঃ— মানি—মান—হোজিকমক চৎকদবনি— ।

বসন্ত ঃ— মযাম পুন্নমক অমুক্তা ঙাইবিগো—ঐগী রা অমুক্তা তাবি-খো— । নহানমগী খুডা তোলমু অমদি মেড়া বাবুনা পুকচেল পিক্লম্নবগ্ম ঙসি খুড তোলমুগী পুকচেল চাউ-রোকপ, লৌরগা লৌই, চাবগা চাই হায়বা ঙম্বগী অনৌবা পাঙ্গল অমা এনা উজবে— । মবম অঙন মতুদা খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎপদা মাখোযনা অপনবা ওইবগী মতুংতা মাখোযনা ঙম্বা মতং পিগনি হায়বসি ঐনা ওশেং-না থংবা ঙমলে । অদুন ময়ামগী মফমদা ঐনা খুৎ লোম্ন-দুনা হাযজবি মাখোযনা মমাংচৎনা অরানবা কযা চপ্রাংঙ ঐবু মু শিবীদুনা মাখোযগী মবাল অণ্ড মযানদা ঙাকপিযু হাযনা ঐন হন্না হন্ন হাযংবি -। ( মযাম তুম্মীন তুর্ম্ম ন লৈবা ) ঐনা খ্বাইদগী পামজবদি খুঙ্গংসিগী মী পুন্নমক মচেৎ-মচেৎ ানদনা পুকচেল অমত্তা ওইন খুঙ্গংগী শেম-গৎ শাগৎপদা থব্বাই যাওবীবা— । মদু তদা খুঙ্গ গী শেমগৎ শা হংা মপু যাগদ নি— ।

কোইরেঙ :—ডাক্তরবাবুগী য়া অসিদা ময়ায়া করি হায়রিবা— ?

ময়াম :— খুড়ানা খন্থরগা তৌবীরো—।

কোইরেঙ :— ময়ায়া ঐঙোন্দা শিন্নবীরবনিনা — ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌ তৌজরগে —মখোয়গী পীফম থোকপা দণ্ডি পিজরগে। তোলমু—; মেড়া. ( চঙশিনবা ) মমা-ঙৈগী গুংঙাইনদবা পুম্নমক ঙসিদগী হোনা মাঙথিবা ওইরসন্নু—। ( তোলমুগা মেড়াগবু মথং মথং কোনবা ) তোলমু, মেড়া, সমাজগী মকমদা ভক্তি অমত্তং উৎপগী মওংদা নখোয় অনি অমুক্তং মাঙেমথক্তা শাংদোকউ—। ( ময়াম পুম্বা থিক থিক নোকপা )

তোলমু :— মেড়া. ইকাইফম থোক্তে ;—লাল্লুবগী প্রাইশ্চিৎনি—লাও—। ( মেড়াগী মখুদাং পায়দুনা চি শিল্লগ মখোয় অনি দণ্ডবোৎ তৌবা )

কোইরেঙ :—ফরে —ফবে—ওক্লে —ওক্লে—।

তোলমু :—( তৌগৎলগা, দসন্তনা ) ইবুঙো ডাক্তরবাবু, খুড়াগী ইরাল ঢাকপীয়ু—। নহাক্কী মীবু ঘাপীহৈবা—চানবীহৈবা নত্তিক নগুণ অসি ঙসিদি তশেংনা থঙলে—। ঈশিং পুল খন্দবনা মখোল হৌই হায়রগুম ঐনা অহৈ-অপা শাহনা হৈহেদি হৈত—ইগুপদি লৈত—মাইথনি হায়দুনা তাৎ-পাৎ তৌদুনা ইশাগী ওইজবতা যেংদুনা শেল ভাল্লন. —মদো পাপকী মশকনি হায়বা হে জিক্কুনা

খঙলরে— । থুড়াস্থ অনাবা লায়েংবদা মিৎ নকোং খজিক্তং ওইননবা ঙসিদগী নতুং ইল্লগনি— ।

মেড়া :– ডাক্তরবাবু, বাবুনা নেশা চাবা য়ু থকপা ফংতে হায়বত্থু ইল্লদবদগী ; ঙরাং বাবুদগী মুনবা হুবা, লুপা অত্থুগী মরমদা ঙসি নেশাগী ময়াইনা অফ-ফত্ত রাখল মাঙখিহুনা ঙসি রাধেনা হায়দোকলুবদগী ঙসি ইশানা থাকপা লাংদা ইশানা থুজরিবসিনি — ঙসিদি ইশানা তশেংনা খঙলে ময়াইকাবা নেশা চাবা ফত্তে হায়বসি— । ঙসি ঐনা য়ু থক্তুনা ঙাওরমত্রবদি ঙরাং বাবুদগী মুনবা লুপা-শ বা অসিগী মরমদা কনামতা খঙম্মোইদবনি – ।

বসন্ত : হুংঙাইরে মেড়াবাবু, অশুম্না পুকচেল তিংনা পুক্নিংগী শেংদোক্লবা ফঙবসিনা ঐগী হুঙাইবা অপেনবা হায়বত্থু ওইজরে— ।

কোইরেঙ :- হান্না রাইনরগা কোন্না চান্নবা হায়বগ্ গেংক্লেদনা ' (ময়াম নোকপা )

তোলমু :— ডাক্তরবাবু, ঐগী ইচা রাধেনা মথরাইনা পামজবা অনা অয়েক লায়েংবা অমদি অশোন অনা সেবা তৌবা অসিদা ইবুঙোগী নতুং ইঙ্গুহুনা মাগী আশা মপুং ফাহনবীয়ু— ।

বসন্ত :—থুড়া, মত্তুগীদমক্তদি ঐনা মাবু লমজিংজগনি মহাক্কী অখাংকনবা অমদি উইনকনবগী মহৈন মহাক্কা লম্বী অসিদা মতিকচাবা মী অমা ওইরবদি খুল অসিগীস্থু কানবা ওইগনি— ।

তোলমু :—( ইকাইরপ তৌনা ) অতুগা রাফম অমগা ...... ।

বসন্ত :—হায়বীয়ু ।

তোলমু :—তশেংনা খুড়া নংগী নফমদা মাইথিরবা মীশক অমনি— । রাধে অসি মশা ওমত্রিবনি — ; ঐনা লায়েংবদা ফবা ওমত্রে -অঙনা নোংম নোংমগী শোকশিল্লকপনা মশক অসি য়েংরা য়াত্রবনি ; অদুনা ইবুঙোনা মাবু লায়েংবীতুনা মাগী মশা অসে অমুক হন্‌হনবীয়ু — । নহাক্কী নতিক নগুণগী মমাংদা অপংবা ; পুক ফংতবা ঐগী নাপলগী ময়াই পুন্নমক চন্নে - । চঙজরক্লবনি খন্দুনা ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু— ।

শান্তি ;—মতুগীদমক্তদি খুড়া, ডাক্তরবাবুদা হায়রুবা তাকলুবগী কান্নবা লৈতে - । লন্থী তিন্নবা মশেলনিনা রাধেনা কোক্তা চিক্লে তাবদা ডাক্তরবাবুনা শোয়দনা লায়েং- গদবনি— । নত্তেনে খুড়া, রাধেনা পানজবা লন্থীদা ওসিদগী হৌনা মনিংতম্না থাদোকপীরেদনা—?

তোলমু :—থাদোক্লে ইশেম্মা—থাদোক্লে— খুঙ্গংগীদমক্তা ।

কোইরেঙ :— ওসিদগী হৌরতনা ঐথোয় খ্বায় পুন্নমক অমত্তা ওইনা খুঙ্গংগী শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা চোংশিন- গদবনি । খুঙ্গংগীদমক্তা অরা অনা পুন্নমক তুংওইননা ইশাগী ওইজবা পুন্নমক থাদোক্কদবনি— ।

বসন্ত :— ময়ামগী অসিগুম্বা থম্মোয় চাওবা পুকচেল অমত্তা ওইবসি উজবদা ঐগী চুংঙাওবগী ওমথৈ লৈজদরে— ।

অহুগা ময়াম্না খঙবীগদবা রাফমনা সরকারনা ফনা মতেং পীহুনস্ত ঐখোয় ইশা ইশাগী হোংনবা অনোম্বা য়াওজ্রবদি কৈদৌঙ্গুংদস্তু খুঙ্গংগী শেমগৎ-শাগৎপা মপুং ফারোই— । খুঙ্গং অমা শেমগৎ-শাগৎপা তারবদি কৈগী মতেং নাপীনা তাও নপীগী মতেং কৈনা তাওবগুম সরকারগী মতেং ঐখোয়না। লৌগনি ঐখোয়গী ইতেং সরকারদা পীগদবনি । অমনা অমগী মতেঙ পীনজ্রবদা কদৌঙ্গুংদস্তু থবক মহৈ য়াল্লোই অহুনা সরকারনা মতেঙ থজিত্তুং পীরকপদা ঐখোয় ইশা ইশানা চোংথোক্তুনা শরুক চামা হেন্না নোমগদবনি—। নোমসি-শুসি তনগঙ্গুসি নোম্বা শুবনা ঐখোয়গী ইথৌনি--খুঙ্গং শেমসি হায়রবদি—।

শান্তি ঃ—অনৌবা অয়ুকী মঙাল ফাওরক্লে অমম্বা অহিংগী মতম লোঁরক্লে ঐগী ঐগী থৌদাং য়ানহুনা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙশিল্লসি – ।

ময়াম ঃ—চঙশিল্লসি চাওখৎপগী লম্বীদা "অনৌবা অয়ুকী" মঙাল ফাওরক্লে — । ( যবনিকা তপ্না তপ্না হাইজিল্লকই )

---

2584/5

সমাপ্ত